# শামু কাবা অমসুং শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ



রাজকুমার শ্রীমাহেন সিংহ বি-কম্

*Approved as a text book of Manipuri First Language Supplementary reader for Classes IX – X of the Board of Sec. Edn. Assam vide No. SEBA/ED/TXB/10/871–1670 Dated 12/4/75*

---

# শামু ফাবা অমসূং শ্রীগোবিন্দ নিরুপণ

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ বি-কম-না
সম্পাদন তৌজবা।

মমল লুপা ২.০০

ফোংদোকপা

রাজকুমার জয়ন্ত সিংহ
এম, এ, এল, এল, বি,
এডভোকেট
থাংমৈবন্দ খোয়াথোং,
ইম্ফাল ( মণিপুর )




১৯৭০ ইং
অহানবা ফোঙবা।

১৯৭৫ ইং
অনিশুবা ফোঙবা।

নম্ফম :— মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ বাজার, ইম্ফাল।

# শাস্ত্র ফাবা অমসুং শ্রীগোবিন্দ নিরুপণ

## বাহৌদোক্

ইং কুমঙ্গা ১৭৬৫ দা ঙৈরানা মণিপুরবু চায়খায়রে। হন্দকী রাষ্ট্র বিপ্লব অসিদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ মণিপুর থাদোক্লুনা কাছাড়ী নিংথৌ সন্ধিকারীগী কোন্নুং মাইবং ভাগ্না লেংশিনখি। মথংদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ কাছাড়ী নিংথৌ অসিগা লোইননা তেখাও কোন্নুং ভাগ্না লেংশিনখি। লৈবাক কায়বা অসিগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবদা অস্নুম্না ইরি—"লাইশ্রম কাংগারামগী কুম শোক ১৬৮৬····· লৈপাক ভাকএ। নিংথেমদি ময়াংলমদা চেন্দুনা তেখাও লৈপাক য়োঁথিয়ে" ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা তেখাওদা লানজেল্লবগী মতাং অসি আসামগী ফাওরবা ঐতিহাসিক ডাঃ সূর্য্যকুমার ভূঞানা সম্পাদন তৌবা "অসমর পদ্য বুরঞ্জী" দা অস্নুম্না ইরি—

"মণিপুর রাজ্য তার রাজা আছে থাই।
মানতরা কাঢ়ি লৈলা তাহাক খেদাই॥
ভয়ে মণিপুর-রাজা পুত্র-ভার্য্যা লৈই।
পলাই আসি কছারীর রাজ্যত সোমায়॥
কছারী রাজায়ে সমে আলচিয়া চায়।
নপাইলেক বুদ্ধি লৈবে মানতরা খেদাই॥
রাজেশ্বর সিংহ আছে বুদ্ধির সাগর।
তাহান কটক লোক আছয় বিস্তর॥

যদি লৈয়া দিয়ে রাজ তেবে মই পাওঁ।
এতেকে তাহান পাশে জনায়া পঠাওঁ ॥
এহি বুলি পঠাইলেক তাহারেসে ভাই।
নিবেদন-পত্র দিয়া কহিলেক যাই ॥
শুনি রাজা পত্রতে সন্তোষ ভৈলা বর।
আপাদত পরি পাকে আমার ওচর ॥
ওইবে ধর্ম্ম খ্যাতি ও থাকিবে সংসারত।
এহি বুলি সেনাসকলক পাচে তাত ॥

অসমর পদ্য বুরঞ্জীদা হায়রিবদি অসিনি—ওইরানা মণিপুর নিংথৌ তাম্বোক্তুনা লৈবাক মুন্দুনা লৌখরে। মণিপুর নিংথৌনা কীবদগী মহারাণী অমস্তুং মজাইবুংঙোশিংগ' লোইননা চেল্লকতুনা কাছাড়ী নিংথৌগী মফমদা চংজখি। কাছাড়ী নিংথৌগা রা তায়বদা রাখল লাম্বা ফংত্রতুনা মরৌশিংদা সমুদ্রগা পাংথক ওইরবা তেখাও নিংথৌ রাজেশ্বর সিংহগী মতেং লৌননবা মহাক্কী মফমদা চিঠি থাখরে। চিঠি অদুগী মরোল তাবদা নিংথৌ অদু য়াম্না হরাওখি অমস্তুং চংজরকপা মীবু মতেং পাংবা ওয়বদি ধর্ম্ম থোক্কনি অমস্তুং মিংচৎস্তু লৈগনি হায়খি।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কাছাড়গী নিংথৌ সন্ধিকারীগা লোইননা তেখাও কোক্লুং য়ৌখিবা মতাং অসি রায় সাহেব গোলাব-চন্দ্র বরুৱানা সম্পাদন তৌবা আহম বুরঞ্জীদা অস্নুম্না ইরি—
"In the meantime, the Raja of Mantara plundered

and devastated the province called Mekheli. The Raja of Mekheli, named Joysing, left his territory and dwelt in the country of the Kacharis. This Raja heard the news of the Barbarua's arrival and wished to go with the Barbarua to Chao Shurempha to ask his help In the later part of the month of Dinching ( Aghon ), the Barbarua, Choladhara Phukan, the Rajkhowas, the Hazarikas, the Saikias and others brought the Kachari Raja and Joysing with them and produced the Raja before the heavenly king at Rangpur. The Kachari Raja offered four tusks, eight elephants, two cloths and many other things as tributes, to our king. The deposed Raja Joysing, offered Chao Shurempha a long plate of gold and two gold Maihangs × × ×. The king Shurempha pitied him much and welcomed him. × × × × The Raja of Mekheli was ordered to remain with the heavenly king. Then Raja Joysing paid great esteem to Chao Shurempha and said, "If I be placed again in my old territory after driving away the Mantaras, your fame will last for ever

and I, your slave, will be a vassal of yours and pay annual tributes." Thus spoken, the heavenly king agreed to help him. He called in the Buragohain, the Barpatra Gohain, and all other Phukans and Baruas and asked their advice. All of them, after a long discussion thought it good to help Joysing. They expressed their mind to the king. The king too agreed to their proposal. Then Chao Shurempha wished to despatch an army to put Joysing as Raja of Manipur.

মরোন্দি অসিনি—মতাং অসিদা ঔরাগী নিংথৌনা মেখলী কৌবা লৈবাক অসিদা লান্দারক্লে অমস্তুং ছারখার শাহল্লে। মেখলীগী নিংথৌ জয়সিংহ মরৈবাক থাদোক্লমলে অমস্তুং কাছাড়ী-শিংগী লৈবাক্তা লৈররে। নিংথৌ অসিনা বরবরুবান্না থুংলবগী পাও তারমই অমস্তুং বরবরুবাগা লোইননা চাওস্তুরেমফাগী মতেং নিবা চৎনিংলমই। অগ্রহায়ণ ( হিয়াঙ্গৈ ) থাগী অরোইবা শরুক্তা বরবরুরা, চলাধরা ফুকন, রাজখোরা, শয়কিয়াশিং অমস্তুং অতৈ মীশিংনা কছাড়ী নিংথৌ অমস্তুং জয়সিংহবু মখোয়গা লোইননা পুরমই অমস্তুং নিংথৌশিং অসিবু স্বর্গদেবগী মফমদা পুশিল্লমই। কাছাড়ী নিংথৌনা শামু ময়া মরি, শামু নিপাল, ফি অনি অমস্তুং অতৈ অতৈ পোৎ-চৈ আসামগী নিংথৌদা থুম্বোলপোৎ কৎলমই। নিংথৌ থুবম থাদোক্লব্রা জয়সিংহনা চাওস্তুরেমফাদা

সনাগী পুখম অশাংবা অমগা সনাগী 'মৈহাং' অনিগা কংলমই। নিংথৌ সুরেমফানা মহাকপু সুংশিনা চায়া তৌরমই অমসুং মহাকপু তরাম তরাম্না ওক্লমই। মেখলীগী নিংথৌবু স্বর্গ-দেবগা লৈমিন্নবা য়াথং পিরমই। নিংথৌ জয়সিংহনা চাও-সুরেমফাদা য়াম্না ইকাইখুম্নবা উৎলমই অমসুং হায়রমই, "ঐরাশিংবু ভাম্বোকপিদুনা ঐবু অমুক হন্না লৈবাক হঞ্জিনহনবিরবদি নহাকী মিংচৎ মতম চুপ্পা লৈহৌরগনি অমসুং ননাই ঐনা নখা পোল্লগনি অমসুং চহিগী লোইপোৎ হাজগনি।" অমুম্না হায়জরবদা স্বর্গদেবনা মতেং পাংবিগনি হায়না য়াবিখি। মহাক্না বরগোহাইন, বরপাত্র গোহাইন, ফুকন অমসুং বরুবাশিং কৌরমই অমসুং মখোয়গী পাউতাক লৌরমই। য়াম্না কুইনা খন্নরবা মতুংদা জয়সিংহগী মতেং পাংবা ফৈ হায়না মখোয়না মপুক্লিংদা লৈবা ব্রারম অদু নিংথৌদা হজংখি। মখোয়না হায়বা ব্রাকম অদু নিংথৌনা য়াখি। অদুগী তুংদা চাও-সুরেমফানা জয়সিংহবু নিংথৌ থুবম হঞ্জিন্নবা লাম্মী তেঙ্গোল অমা থাগে হায়না খনখি।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা তেখাও লেংবগী মতাং অসি আসামগী ফাওরবা ঐতিহাসিক শ্রীবেনুধর শর্ম্মানা সম্পাদন তৌবা Dr. John Peter Wade, F. R. A. S. না লেংবা An Account of Assam ( 1800 ) দা অমুম্না অমুক ইরি—"At this period, Krishna Sunder, prince of Manipur, who had been defeated from his country by the Brahma Rajah, fled to the Court of Cosaree whence he despatched

an ambassador to the King of Assam to solicit an interview. The ambassador was detained at Raba until Swarga Deo's orders for his admission could be procured.

Swarga Deo consulted the Burro Burrowah relative to the proposed visit from the Prince of Maggloo. The latter immediately acquieced in the proposal and the Gohain confirmed the propriety of the measure. Two Kutkis were ordered to attend the Prince's ambassador with an invitation to the Court of Assam. The Prince accordingly visited Ghurgong with a retinue of four thousand men on the sixteenth of Aghun. He presented Swarga Deo with 20 horses, 6000 Rs. cloths of the peculiar manufacture of the country and performed the usual prostration from which as a fugitive Prince he was not exempted.

He had heard of the fame of Surga Deo, the mighty Monarch of the East and had come to crave his assistance for his re-establishment on the throne of Muggloo from which he had been expelled by the Rajah of Brahma. He proposed a daughter

whom he would resign to the embraces of the King".

মরোল্দি অসিনি— মতাং অসিদা ঔরাগী নিংথৌনা মায়থীবা পিরক্লবা মণিপুরগী নিংথৌ কৃষ্ণ সুন্দর কাছাড় নিংথৌগী কোন্নুংদা চেল্লকই, মফম অদুদগী মহাক্না আসামগী নিংথৌদা অমুক্তা উন্নজগে হায়দুনা দূত অমা থাদ্রমই। দূত অদু স্বর্গদেবগী য়াথং ফংত্রিবা ফাওবা রাহাদা লৈহল্লমই

মগলুগী নিংথৌনা উনবা লাকে হায়বা রাফম অদু স্বর্গদেবনা বরবকুবাগা তান্নরমই। বরবকরানা রাফম অদু য়াখি অমসুং গোহাইন না রাফম অদু চেৎশিনহনখি। দূত অনিবু নিংথৌগী দূতশিং অদুগা লৈমিন্ননবা য়াথং পিরমই অমসুং মণিপুর নিংথৌবু আসামগী কোন্নুংদা লাকপিনবা নিমন্ত্রণ তৌরমই। মণিপুর নিংথৌনা অগ্রহায়ণগী তরাতরুকনি পানবদা থৌগল-লাংগল মী লিশিং মরিগা লোইননা আসামগী কোন্নুং গডগাঁও য়ৌরকই। মহাক্না স্বর্গদেবদা শগোল ২০, লুপা ৬০০০ কী মণিপুরদা শাবা ফি খুদোনপোৎ ওইনা কৎলমই অমসুং চংজরকপা নিংথৌমচানা তৌবা হৌনবা দণ্ডবৎ তৌরমই।

নোংপোক লমদমগী পাঙ্গল চাউরবা নিংথৌ স্বর্গদেবগী মিংচৎ মণিপুর নিংথৌনা তারমই অমসুং মহাক ঔরাগী নিংথৌনা তান্থোরক্লবা মগলুগী রাজ সিংহাসন অদু অমুক হল্লিমহনবিয়ু হায়না মতেং নিবা লাকপনি। মহাক্না মজা ইবেম্মা অমা আসামগী নিংথৌদা থাজগে হায়বা রাফম অমসু হৌদোক্লমই।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা তেখাও লেংবা মতাং অসি ডাঃ সূর্য্যকুমার ভুঞা এম, এ, বি, এল ; পি, এইচ, ডি ; ডি, লিট ( লণ্ডণ ) না সম্পাদন তৌবা Tungkhungia Buranji or A History of Assam ( 1681-1826 A. D ) গী লামাই ৫৩-৫৫ দা অস্থনা ইরি—

"Then in the month of Aswin, on the Bijaya-Dasami day, the Barbarua started with a large number of men, elephants, horses and provisions. He marched forward and pitched his camp at the military outpost of Raha. The Barbarua despatched kutkis to both the Rajas on a day which marked the passage of five years from the time when the murderous attempt was made on his life. The message ran as follows—"As requested by both the Rajas I have come to escort them with the knowledge and permission of the Swargadeo. So they should both come without any delay.' Thus being informed by the messangers, Jai Singha, the Raja of Manipur, and his son Juveraj Auupananda, with the Kachari Deka-raja came to the Chauki at Raha in the month of Jeth and held an interview with the Barbarua, who being delighted at the sight of the

Raja signalised the event by firing seven volleys of cannon. He also arranged various festivites and amusements."

'Then the Swargadeo granted an audience to the Kachari and Manipuri Rajas in the Barchora of his palace at Rangpur. The two chiefs bowed down their heads before the Ahom King and the Cauncil too assumed a gala appearace. On that occasion the band headed by Jayananda supplied a musical soiree to the accompaniment of pasonj at which the Rajas were exceedingly delighted.'

'The Barburua then made the following recom mendation to the Swargadeo, 'The Chief of Manipur has a daughter named Kuranganayani, The Manipuri Raja was descended of old from Babrubahan. He is a Kshatria and there is no doubt about it. I hope, Your Majesty will marry the princess'. Having heard this the king replied,—'Very well. As recommended by the Barbarua, I will marry the princess'. The Barbarua then despatched Khangia Phukan and Ghumuria Dualia Phukan of the Dihingia family to bring the Manipuri Raja's

daughter, mother, brother and son from the Kachari kingdom. They were brought and stationed at Gaurisagar. The Swargadeo then married the princess at the Sonari river by performing the Chaklang ceremony. The Barbarua served as the bride's father and supplied all the necessary articles of marriage. Golden ornaments, dowry and other provisions for food were all supplied from the Barbarua's house. The princess excavated a tank, and made an establishment at the village Manaimaji in the Sarucharai forest lower down the Dichoi, where the Magalus or Manipuris forming part of the marriage settlement were allowed to live.'

A *bhawana* or dramatic performance enacting *Rawanbadh* or killing of Ravan, was held for the entertainment of the Manipuri and Kachari Rajas'.

'তুংখুঙ্গিয়া-বুরঞ্জীদা ইরিবদি অসিনি—'অচুগী তুংদা আশ্বিনগী বিজয়া দশমী ঙমিৎতা বরবরুৱানা মী ময়াম, শামু, শগোল অমস্তুং চিঙ্গাক পুহুনা থোংশাল্লমই। মহাক চংশিল্লমই অমস্তুং রাহাদা লৈবা লানবনদা লৈরমই। বরবরুৱানা মহাকপু হাৎকে হায়না মীনা শীংখিবা চহী মঙা শুবা মুমিৎ অচুমক্কদা নিংথৌ অনিমক্তা দূত থারমই। দূতশিংদা থারকপা পাউদি অসিনি—'নিংথৌ অনিনা

হায়জবা মতুংইন্না স্বর্গদেবগী য়াথং মতুং ইন্না মখোয়বু লৌবা ঐহাক লাক্লিবনি। মরম অদুনা মখোয় অনিমক থিন্দনা লাক্কদবনি।' অসুম্না দূতশিংনা পাউ তম্লবদা মণিপুর নিংথৌ জয়সিংহ অমসুং মচানিপা যুবরাজ অনুপানন্দ জ্যেষ্ঠ থাদা কাছাড়ী ডেকা-রাজাগা লোইননা রাহাদা লাক্লমই অমসুং বরবরুৱানা নিংথৌশিং উনবা অদুদা হরাওদুনা নোংমৈ তরেৎ কাপতুনা থৌদোক অদু মপুং ফাহনখি। মহাক্না মখল-মখা অয়াম্বা হরাও-কুম্মৈসু থৌরাং তৌরমই '

'অদুগী তুংদা স্বর্গদেবনা কাছাড়ী অমসুং মণিপুরী নিংথৌশিংবু রংপুর কোম্পুংগী বরচোরাদা উনরমই। নিংথৌ অনিনা আহম নিংথৌদা মকোক লুক্রমই অমসুং নিংথৌগী দরবার অদুসু কুম্মৈ-উৎসব অমা ওইরমই। থৌদোক অদুদা জয়ানন্দনা লুচিংবা কাংবু অমন 'পাসোজ' য়াওনা ঈশৈ নোংমাই তৌরমই, মদুদা নিংথৌশিং অদু য়াম্না হরাওরমই '

'বরবরুৱানা অদুগী তুংদা স্বর্গদেবদা অসুম্না হঙ্গৎলমই— মণিপুর নিংথৌগী কুরঙ্গনয়নী কৌবী মচা নুপী অমা লৈ। মণিপুরগী নিংথৌদি বক্রুবাহনগী থারানি। মহাক ক্ষত্রিয়নি, মসিদা থোইনা চিংননিংঙাই লৈতে। ঐহাক্না নিংজৈ, মহারাজনা নিংথৌ মচানুপী অসি লুহোংদুনা লৌবিগনি।' মসি তাবদা নিংথৌ অদুনা খুল্লকই— 'য়াম্না ফরে।' বরবরুৱানা হায়বা মতুং ইন্না ঐহাক্না নিংথৌ মচানুপী অসি লুহোংগনি।' বরবরুৱানা অদুগী তুংদা মণিপুর নিংথৌগী মচানুপী, মমা, মচিন-মনাও অমসুং মচা কাছাড় লৈবাক্কী লৌরুনবা

খঙ্গিয়া ফুকন অমসুং দিহিঙ্গিয়া শাগৈগী ঘুমুরিয়া দৌলিয়া ফুকনবু থারমই। মখোয়বু পুদুনা লাক্লমই অমসুং গৌরীসাগরদা লৈহল্লমই। স্বর্গদেবনা অদুগী তুংদা সোনারী তুরেল মপান্দা 'চাকলাং' থৌরম পাংথোক্লুনা নিংথৌমচা শুপী অদুগা লুহোংলমই। বরবরুৱানা শুপীগী মপা শারমই অমসুং সনাগী লিক-কোল, অউনপোৎ অমসুং চাননবা পোৎ-চৈ পুম্নমক বরবরুৱাগী যুমদগী থারমই। নিংথৌ মচাশুপী অসিনা পুথ্রী অমা ভৌরমই অমসুং দিচোই তুরেলগী তোর্ব্বান্দা সরুচবাই উমুংদা মোনাইমাজি খুন্দা লৈফম অমা শেম্লমই। মফম অদুদা অউন নাই মৈতৈশিং লৈহল্লমই।'

'মণিপুর অমসু' কাছাড়গী নিংথৌবু পেলহন্নবগীদমক্তা রাবণ বধ হায়বা শুমাং লীলা অদু উৎলমই।'

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজবু তেখাও শামু অঙাওবা ফাহন্দুনা চাং য়েংখি হায়বা অদু মতাং অসিদনি। তেখাও শামু ফাবা মতাং অসি শ্রীধাম নবদ্বীপতা লৈরম্বা ব্রজমোহন দাস বাবাজীনা লেংবা শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গসুন্দর কৌবা লাইরিক্তী লামাই ১০৪-১০৭ তা অসুম্না বাংলা লোন্দা ইরি—

"ভাগ্যচন্দ্রের অনিষ্ট সাধন করিতে মহাবাজ গোবিন্দ সিংহ ( আসামের মহারাজ ), স্বীয় অমাত্যগণের পরামর্শ মত এই স্থির করিয়াছিলেন যে, "জঙ্গল হইতে নূতন ধরা মত্ত হস্তীকে ধরিতে তাঁহাকে পাঠান হইবে।" তদনুসারে মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র সিংহকে আদেশ করা হইল, "আগামী কল্য প্রভাত সময়ে আমাদের আনিত বন্য হস্তীকে ধরিবার আবশ্যক হইয়াছে। উক্ত হস্তীকে

ধরিবার ভার একা তোমার, উপর অর্পিত হইল। অতএব ক্ষত্রির উচিত বীর্য্য প্রকাশ করিয়া তোমার পূর্ব্বপুরুষগণের গৌরব অক্ষুণ্ণ রাখ।"

শ্রীল বভ্রুবাহণ হইতে মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র সিংহ পর্য্যন্ত ছাপান্ন পুরুষ হইয়াছে। পাণ্ডব বংশধর ভাগ্যচন্দ্র, মহারাজ গোবিন্দ সিংহের কঠোর আদেশ শ্রবণ করিয়া কিঞ্চিমাত্রও বিচলিত না হইয়া, তাঁহার আদি পুরুষগণের হৃদয় অধিদেব শ্রীশ্রীগোবিন্দ দেবের অভয় চরণ চিন্তা করিয়া রাত্রি যাপন করিতে লাগিলেন। শেষ রাত্রিতে একটু নিদ্রার আবেশ হওয়াতে স্বপ্ন দেখিলেন—যেন শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ স্বীয় অনুগত জনকে অভয় দান করিবার জন্য ভুবন মোহন ভঙ্গিতে নয়ন-গোচর হইয়া মৃদু মধুর হাস্যে বলিতে লাগিলেন, "বৎস। তুমি কোন চিন্তা করিও না। তোমার দুখের সময় অতীত হইয়াছে। হস্তী তোমার কোন অনিষ্ট না করিয়া আমার প্রসাদে তোমাকে স্বীয় স্কন্ধে উঠাইয়া তোমার ভক্তের মহিমা জগতে প্রকাশ করিবে। তুমি অতি,অল্প দিবসের মধ্যেই মণিপুর রাজ্য হস্তগত করিয়া খুসী হইতে পারিবে যখন রাজসিংহাসনে উপবেশন করিবে, তখন আমার এই আদেশ প্রতিপালন করিতে ভুলিওনা। তোমার রাজ্যের অন্তর্গত "ভাস্বর" নামান্তর 'কাইনা' নামক পাহাড়ে একটী কাঁঠাল বৃক্ষ আছে। সাধারণ লোকে উহার সন্ধান বাহির করিতে পারিবে না। তুমি স্বয়ং তথায় উপস্থিত হইয়া ঐ বৃক্ষ কর্ত্তন করাইয়া ভাস্বররা আমার প্রতিমূর্ত্তি প্রস্তুত ক্রমে 'শ্রীগোবিন্দ'

নামে সেবা স্থাপন করিও। আমাকে একা স্থাপন করিলে সুখী হইব না, ঐ সঙ্গে আমার প্রেয়সী শ্রীরাধিকাজীউ স'হত যুগল সেবা প্রকাশ ক'রিয়া ভক্তগণের আনন্দবর্দ্ধন করিও। সেবা প্রকাশ সময়ে কয়েকটী অলৌকিক ঘটনাও সমুপস্থিত হইবে।" স্বপ্ন দেখিতে হঠাৎ নিদ্রাভঙ্গ হওয়াতে দেখিতে পাইলেন রাত্রি প্রভাত হইয়াছে।

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র সিংহকে বন্য হস্তীর সম্মুখে পাঠান হইবে শুনিয়া নির্দ্দিষ্ট স্থানে পুর্ব্ব হইতেই নানা স্থানের লোক কৌতুক দেখিবার জন্য উপস্থিত হওয়াতে লোকারণ্য হইল। তাহারা উৎকণ্ঠিত চিত্তে সময়ের প্রতীক্ষা করিতে লাগিল। রাজ্যের সম্ভ্রান্ত বংশীগণ মঞ্চোপরি উপবেশন করিয়া এই কঠোর আদেশের অনুকুলে ও প্রতিকুলে আন্দোলন করিতে লাগিলেন। ইতিমধ্যে শ্রীল ভাগ্যচন্দ্র সিংহ প্রাতঃকালীন বৈষ্ণব কৃত্য সমাপন করিয়া সুমধুর স্বরে হরিনাম কীর্ত্তণ করিতে করিতে প্রসন্ন বদনে ঘটনাস্থলে উপস্থিত হইয়া রাজ আজ্ঞার প্রতীক্ষা করিতে লাগিলেন। যেইমাত্র মহারাজ গোবিন্দ সিংহ আদেশ প্রচার করিলেন, অমনি জনতার মধ্য হইতে ধর্ম্মপ্রাণ লোক সমুদয় এই নিন্দনীয় কার্য্যের প্রতিবাদ করিয়া রাজা ভাগ্যচন্দ্র সিংহকে আসন্ন বিপদ হইতে রক্ষা করিবার জন্য তুমুল আন্দোলন উপস্থিত করিলেন। ভাগ্যচন্দ্র সিংহ তাঁহাদের সকলকে বিনয় অনুমতি প্রার্থনা করিয়া গড়ের মধ্যবর্ত্তী উন্মত্ত হস্তীর নিকট হইতে উদ্যত হইলেন। সকলকে কোনরূপ প্রবোধ করিয়াছিলেন, কিন্তু স্বীয় প্রাচীন ভৃত্য

তিনটিকে ভাগ্যচন্দ্র কিছুতেই নিবৃত্ত করিতে পারিলেন না। উহারা বলিতে লাগিল, "আমরা জীবিত থাকিতে মহারাজকে ক্ষিপ্ত হস্তীর সম্মুখীন হইতে কিছুতেই দিব না। আমরা প্রথমে হস্তী দ্বারা নিষ্পেষিত হইব, তদনন্তর যেন মহারাজ ভিতরে যাইতে দেওয়া হয়।" এই বলিয়া উহারা গড়ের মধ্যে প্রবেশ করিবার উদ্যোগ করিতে লাগিল। কিন্তু ভাগ্যচন্দ্র সিংহ বহু প্রকারে উপদেশ দিয়া তাহাদিগকে তাঁহাদের কর্ত্তব্য কার্য্য বিঘ্ন দিয়া দ্রুতবেগে গড়ের মধ্যে প্রবেশ করিলেন। ভৃত্যত্রয় অমনি মূর্চ্ছিত হইয়া ভূমে পতিত হইল। এদিকে চতুর্দিকে লোক সমাগম দেখিয়া ক্ষিপ্ত হস্তী উচ্চৈঃস্বরে চীৎকার করিয়া সকলের ভয় উৎপাদন করিতেছিল! ইতিমধ্যে মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র স্বীয় হৃদয় অধিদেব শ্রীগোবিন্দের জগন্মঙ্গল নাম গান করিতে করিতে দর্শকগণের হৃদয়দ্রব করিয়া হস্তীর দিকে গমন করিতে লাগিলেন! হস্তীকে দ্রুতগতিতে মহারাজের দিকে অগ্রসর হইতে দেখিয়া সকলের মনে বিষম ভাবনা ও আশঙ্কা উপস্থিত হইতে লাগিল। কিন্তু শ্রীকৃষ্ণ নামের কি বিচিত্র মহিমা!! দেখিতে দেখিতে হস্তীর সেই বিভৎসভাব দূরীভূত হইল। অমনি নতজানু হইয়া ভাগ্যচন্দ্রের সম্মুখে প্রণত হইল ও স্বীয় শুণ্ড দ্বারা প্রথমে ভক্তরাজের পদধূলি মস্তকে ধারণ করিয়া অমনি যত্নসহকারে শুণ্ড দ্বারা উত্তোলন করিয়া স্বীয় স্কন্ধে উপবেশন করাইল। সম্মুখে এই অত্যাশ্চর্য্য ঘটনা দেখিয়া দর্শকমাত্র বিস্ময়-সাগরে নিমগ্ন হইয়া ভক্তচূড়ামণি ভাগ্যচন্দ্রের জয় ঘোষণা করিতে

লাগিল। মহারাজ গোবিন্দ সিংহ আর বিলম্বনা করিয়া স্বীয় দুষ্কৃতির প্রায়শ্চিত্ত করিবার নিমিত্ত গড়ে প্রবেশ করিয়া হস্তির সমীপবর্ত্তী হইলেন। কিন্তু কি আশ্চর্য্য। ভক্তের সঙ্গের প্রভাবে হস্তীর পুর্ব্ব স্বভাব দূরীভুত হইয়াছে। সুতরাং গোবিন্দ সিংহেব কোন অনিষ্ট চেষ্টা আদৌ করিল না॥ রাজা সসম্ভ্রমে ভাগ্যচন্দ্রকে হস্তীর পৃষ্ঠ হইতে অবতরণী করাইয়া মহাসম্মানেব সহিত সিংহাসনে উপবেশন করাইলেন এবং যে ভক্তির প্রভাবে তিনি মত্ত হস্তীকে পর্য্যন্ত জয়ী হইলেন, এমন মহিমান্বিত ভক্তরাজকে উচিত সম্মান প্রদর্শনের জন্য সর্ব্বজন সম্মুখে জয় ঘোষণা করিয়া 'জয়সিংহ'' নামে সম্বোধন করিয়া তদীয় চরণে প্রণত হইলেন।

বাংলা লোন্দা যোঙ্‌লিবা লাইবিক অসিদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শামু ফাবগী মতাংদা ইরিবদি অসিনি—ভাগ্যচন্দ্রগী মাংননবা আসামগী নিংথৌনা ( গোবিন্দ সিংহ ) মহাক্কী মন্ত্রীশিংগা বা তান্নদুনা অসুম্না লেপ্পরমই মদুদি জঙ্গলদগী ফারকপদা ডাইরিবা শামু অঙাওবা অসি যাহল্লসি। মসিগী মতুং ইন্না মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রদা অসুম্না য়াথং পিরমই, "হয়েং অযুব ঙৈখোয়না ফারকপা শামু লমশা অসি ফাবা ডাবে। হায়রিবা শামু অসি যাবগী থৱজ্ঞি মহারাজদা শিন্নরক্কনি। মরম অসিনা অত্রিমচাগী হেৈনবা নথৌনা উক্কুনা নহুথৌশিংগী মিংচৎ মাংহনগনু।"

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র বক্রুবাহনদগী নিংথৌ য়াংখৈতকক শুবনি। পাওবকী মশু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ আসাম নিংথৌগী অকনবা য়াথং

18247



মসি তাবদা করিমতা ফিংগৎপা তৌদনা মবুধৌশিংগী থম্মোইদা শাৎচরম্বা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী চরণবু নিংশিংজদুনা অহিং অদু লেনখি। নোংঙাল্লমদাই অমুক চেপথখিবদা মং অমা মংখি—শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউনা মনাইবু অকৌবা পোকহল্লোই হায়বগীদমক্তা জগৎপু শুম্মাৎপা শাথেকতা মোমোন মোমোন নোক্লা হায়রকই, "মহারাজ, চরিগুম্বা রাখন অমতা তৌগন্নু। নংনা রাগদবা মতম হৌখরে। শামুনা নংগী মাংননবা তৌদনা ঐগী থৌজান্দগী নংবু মনঙ্গন্দা থাঙ্গৎতুনা ঐগী ভক্তগী মতিক মগুণ জগত্তা ফোঙ্‌দোকনি।। নহাক্লা মুমিৎ খরনিগী মম্নুংদা মণিপুর লৈবাক অসি নখুৎ চন্দুনা যুংঙাইবা ফংজগনি। নিংথৌ খুভম হঞ্জিনবগা ঐগী ইয়াথং অসি ইনবা কাউগন্নু। নংগী নরৈবাক্তা "ভান্বর' অতোপ্পা মমিংনা কাইনা কৌবা চীংদা থৈবোং পাম্বী অমা হৌরি। মীচম্বা মদু হেক থিবা ফংলোই। নশামর্ক্লা মফম অদুদা চৎতুনা উ অদু য়ান্দুনা লাইশাবা মীনা ঐগী মুর্ত্তি অসি শাহল্লগা 'শ্রীগোবিন্দ' হায়না সেবা চৎলু। ঐ ইথস্তগী মুর্ত্তি লিংখৎলগা ঐনা পেনগদবা নত্তে, মদুগা লোইননা ঐগী চান্নবী শ্রীরাধিকাগী মুর্ত্তি লিংখৎলগা সেবা চৎতুনা ভক্তশিংগী হরাও মথোই কাহল্লু। সেবা চৎপা মতমদা লাইগী থৌদোক খরসু থোক্কনি।" মং অসি মংবদগী মিকপ খংথোক থোরকপদা নোংঙাল্লমলে।

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র সিংহবু শামু ফাগদোরিবা মফম অদুদা মাইকৈ পুম্নমক্তগী মী লাকতুনা মফম অদু মীগী মীমক্তা ঙাইখরে। মখোয়না য়াম্না খৌরাংনা মতম ঙাইদুনা লৈরমই। লৈবাকী

অঙম অথৌ, অচৌ অশাং পুম্নমক শগাই মথক্তা ফমদুনা নিংথৌগী অকনবা য়াথং অসি ফৈ-ফংতে হায়না নৈনরমই। মতম অসিদা শ্রীল ভাগ্যচন্দ্র সিংহনা অযুক্কী তৌবা হৌনবা বৈষ্ণবকী মথৌ লোইরদুনা মুংশিবা খোঙ্গেলনা হরিনাম শোল্ল শোল্লদুনা হরাও হরাওনা শামু ফাগদৌরিবা মফম অদুদা লেংলক্লুনা নিংথৌগী য়াথং ঙাইদুনা লৈবমই। আসামগী নিংথৌনা য়াথং হেক পিবদা মীয়াম মবক্তুগী ধর্ম্ম লৈবা মীশিংনা নিন্দা তৌফম থোক্লবা মতম অসিবু য়'নিংদবা উত্তুনা নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র সিংহবু থোরক্কদৌরিবা খুদোংথিবা অদুদগী কম্লনবা মহৈ মহৈ লাউনরকই। ভাগ্যচন্দ্র সিংহনা মখোয় পুম্নমক্তা থোৎলবা ব্রাহৈনা খামজিল্লগা মখুৎ অনি লোম্নরদুনা ময়ামগী য়াথং লৌরগা পম্নুংদা শামু অঙাওবা তম্না চংশিনখি। মহাক্না মী পুম্নমকপু খাম্লমই। তৌইগুম্বস্তুং মনাই অহুম অদুবুদি খাম্বা ঙমখিদ্রে। মখোয়না হায়রকই, "ঐখোয়গী থব্রাইনা হিংলিবমখৈদি মহারাজবু শামু অঙাওবগা মায়োবনহল্লোই। ঐখোয়বু হান্না শামুনা নেৎখায়হনখিগনি, অদুগী তুংদা মহারাজবু গড় মমুং চংহনগনি।" অসি হায়রগা মখোয গড় মমুংদ' চংশিন্নবা থৌরাং তৌবক্লে, তৌইগুম্বস্তুং ভাগ্যচন্দ্র সিংহনা মথল মখা অয়াম্বা পাউত.ক পিদুনা মখোয়না পাংথোক্কে নিংলিবা থবক অদুদা অপনবা পিবল্লগা থুনা গড় মমুংদা লেংশিনখবে। মনাইশিং অদু খুদক অদুমক্তদা রাম্হদুনা লৈপাক্তা হায়থখবে। অসোমদনা মাইকৈ মবিদগী মীয়াম তিনবা অদু উবদা শামু অঙাওবা লাও-খোংদুনা ময়ামগী অকীবা পোক-

হল্লমই। মরক অসিদা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা মহাক্কী থম্মে য়দা লাৎচরিবা শ্রীগোবিন্দগী জগৎকী মঙ্গলগী মশক ওইরবা নাম অত্রু শোল্ল শোল্লদুনা ভক্তশিংগী থম্মোই অত্রু পেৎহল্লগা শামু তন্না লেংশিল্লমই। শামুনা মহারাজ তন্না প্রপ. প্রপ, হোৎ-চিল্লকপা উবদা মী পুম্নমক্কী পুক্লিংদা অকীবা অমসুং চিংনবা পোক্লমই। তৌইগুম্বসুং শ্রীকৃষ্ণগী নামগী কয়াদা অঙকপা মতিক-মগুণনো! অসুম অসুম য়েংশিনখিবদ শামুগী মুংশিহৈতবগী শাজৎ অত্রু খংহোং হোংখরে। খুদক অত্রুমক্তদা শামু অত্রু খুমাং অনি অত্রু কুনখরে অমসুং মনাতোম্না অহানবদা ভক্ত রাজগী খুয়া উকুল অত্রু মকোক্তা হাপ্লগা মনাতোম্না চেকশিন্না মহারাজবু থাঙ্গৎতুনা মথক্তা ফমহনখরে। মমাংমক্তা অসিগুম্বা য়াম্না ঙক্লরা থেঁদোক অসি থোকপা উবদা উরিবা মী খুদিংমক অঙকপগী ঈপাক্তা লুপতুনা ভক্তচূড়ামনি ভাগ্যচন্দ্রনা জয় ওইরে হায়না লাওরমই। আসামগী নিংথৌনা অমুক থিনবা তৌদনা ফত্তবা শাজৎকী প্রায়শ্চিত্ত তৌননবগীদমক্তা গড় মম্নুংদা চংশিনখিদুনা শামু মনাক য়ৌরক্লে। তেইগুম্বসুং কয়াদা অঙকপগী মশকনো! ভক্তগা থেংনরুবদগী শামুগী হান্নগী শাজৎ অত্রু হোংখরে। মরম অত্রুনা আসামগী নিংথৌগী করিগুম্বা মাঙননবা অমতা তৌখিদ্রে।। নিংথৌনা নোল্লুকপগা লোয়ননা ভাগ্যচন্দ্রবু শামু মথক্তগী থাংথরগা ইকাই খুম্নবগা লোয়নমা সিংহাসন্দা লেংশিলহল্লে অমসুং ভক্তিগী মপান্না শামু জয় তৌবা ঙমখিবা মতিক-মগুণ লৈরবা ভক্তরাজবু হৌনবী সম্মান উৎনবগীদমক্তা মীয়াম মমাঙদা জয় ওইরে হায়না

লাওথোক্লগা "জয়সিংহ" হায়না মিঙ্গৌরগা মহাকী চরণদা খুরমজখি।

মহারাজ গোবিন্দসিংহ হায়রিবা অসি আসামগী নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বর সিংহবুনি।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা তেখাওদা শামু ফাবগী মতাঙ অসি "বিজয় পঞ্চালী" গী ভাগ্যচন্দ্র চরিত হায়বা মতাঙ বাংলাগী পয়ার ছন্দদা ইবা লাইরিক অদুদা করি অমুক হায়রি য়েংসি—

আইসহ উন্মত্ত হস্তী তোমাকে ধরিব।
নতুবা তোমার হাতে নিশ্চয় মরিব॥
এ বলিয়া সে চামর ঢুলায়ে ঢুলায়ে।
দঁাড়াইল ভাগ্যচন্দ্র গজেরে হেলায়ে॥
সেকালে উন্মত হস্তী করিয়া চিৎকার।
কোপ করি দন্ত তুলি ধাইল সত্বর॥
দেখি প্রজা মরি মরি ভাগ্যচন্দ্র মরি।
এ বলিয়া চাঙ্গে ঠারে কি কি করি করি॥
তবে ক্রোধে মত্ত গজ দন্তড়ারি দিলা॥
তিন হস্তে পরিমিতে বামে ফিরাইলা॥
কিবা হরি দন্ত ধরি ফেরিল না জানি।
বেদে বলে দীনবন্ধু যথার্থ যে মানি॥
তবে গজ ক্রোধ হৈয়া দন্ত ফেরি গেল।
চামর সহিতে রাজা দ্বিদন্ত ধরিল॥

বৈষ্ণব স্পর্শিয়া গজ মনস্তুষ্ট গেল।
বৈষ্ণব দর্শনমাত্র তীর্থ কোটি ফল॥
কৃষ্ণ নাম বিচিত্র মহিমার গুণ।
দেখিতে গজের মনে বিভৎস গেলেন॥
ভক্ত প্রতি বিধি হরি গজ দন্ত নতি।
সেই গজ নীর ঝুরে ভূমি জানু পাতি॥
দুই দন্ত মাটি ভেটি বাজিয়া রহিল।
কি হৈল কি হৈল সবে উত্তরল হৈল॥
সভাগন রোদনের শব্দ মাত্র হৈল।
তার সাক্ষী নীর ঝুরে এ প্রমাণ হৈল॥
হরি ইচ্ছা গজরাজ তুলি শুণ্ড দ্বারে।
ভাগ্যচন্দ্র পদধূলি লইলেক শিরে॥
তবে গজ শুণ্ড দ্বারে তুলে পৃষ্ঠোপরে।
ভক্তরাজ ভাগ্যচন্দ্র শোভে গজোপরে॥
হাস্তি শুড়ে মাভতিয়া শ্রীহরি মুরুতি।
ক্ষণে ক্ষণে ভবময় দেখিতল নৃপতি॥
পুলক শরীর রাজা নয়নে নীর ঝুরে।
ভাব সাক্ষাৎ দুইরূপে ঢুলায়ে চামরে॥
তাণ্ডব সহিতে রাজা চামর ঢুলায়ে।
হরি ইচ্ছা বাদ্যগণ তাল ধরি বায়ে॥
তাহা দেখি চাঙ্গ হৈতে উঠি প্রজা বলে।
জয়রে জয়রে রাজা বারে বারে বলে॥

গজ চড়ি ভাগ্যচন্দ্র চলে আগে পাছে।
ঐরাবত দেবরাজ যেমন শোভিছে॥
হেনমতে হরি কৃপা প্রমাণ যাগ্য হৈল।
দেখি স্বর্গদেব রাজা প্রেম নেত্রজলে॥
বৈষ্ণব সঙ্গম হৈতে দুষ্ট ভাব গেল
গড়মধ্যে প্রবেশিয়া প্রেম নেত্রজলে॥
বাহু তুলি স্বর্গদেব ধাইয়া বলিল।
বৈষ্ণব না জানি আমি অপরাধ কৈল॥
হীনমতি পাপবুদ্ধি তোমারে হিংসিল।
এই পাপে চিরকাল নরকে মজিল॥
আইস আইস ভক্তরাজ আলিঙ্গন করি।
তোর স্পর্শি পাপ মুক্তি নরক উদ্ধারি॥
এত বলি গজ আগে নির্ভয় ধাইল।
স্বর্গদেব ভাগ্যচন্দ্রে প্রণাম করিল॥
দেবপ্রায় প্রজাগণ চাঙ্গে নামাইল।
সাধু সঙ্গে গজবর ক্রোধ শান্তি হৈল॥
জন নিন্দা নাহি গজ বৈষ্ণব হৈল।
তবে গজ নতজানু ভূমিতে চাপিল।
স্বর্গদেব গজোপরে তাহাতে উঠিল।
পুনঃ গজ উঠিলেন নীর ঝুর হৈল॥
জয়রে জয়রে মণিপুর রাজেশ্বর।

মোর ভাগ্যে আসাম এলে উদ্ধার আমার ॥
প্রেম ভাবে দুই রাজা আলিঙ্গন কৈল।
তাহা দেখি প্রজাগণ আনন্দ হৈল ॥
তবে গজোপরে উঠি স্বর্গদেব বলে।
শুনহ আসামবাসী আমার যে বলে ॥
নরদেব ভাগ্যচন্দ্র অচিন্ত্য মহিমা।
গজধরি কালে তোমরা কহে জয় সীমা ॥
অতএব জয়সিংহ আজি হৈতে।
ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহ ঘোষিবে জগতে ॥

মসিদা হায়রিবদি অসিনি— হে শামু অঙাওবা, লাও, চংলকউ, নংবু ফাগে, ঙমদ্রগা থরাই থাগে—অসি হায়দুনা চামর হুম্র হুম্রদুনা চংলকপনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ শামু শামাং য়ৌরক্লে। মতম অদুদা শামু অদুনা খিগতুনা খোংলগা ময়া কাখৎতুনা চোংলকই। মদু উবদা শগাই মথক্তা ময়াম্না ভাগ্যচন্দ্র শিরে শিরে, করম তৌনি, করম তৌনি, লাওনরকই। শামু অঙাওবা অদুনা শাওদুনা ময়া কাখৎতুনা হোৎচিল্লকই, শ্রীগোবিন্দনা পাম্বোম পাইদুনা মনাইবু খুদুপ অহুম থাংদোকলমই। বেদনা মঙগীদমক্তবু দীনবন্ধু কৌরিবনি। শামুগী ময়া অদু লৈপাক্তা য়ৈশিন্দুনা লৈখরে নিংথৌনা চামর থৌগল তৌদুনা শামু ময়া অনি অদু পাইরমই। বৈষ্ণবকা শন্নবা অদুদা শামুগী ফত্তবা রাখল মাংখরে, মরমদি বৈষ্ণব দর্শন তৌবগা তীর্থ কোটি অমা

দর্শন তৌবগী ফলগা মান্নে। কৃষ্ণগী নামগী গুণদি অঙকপনি শামুগী ফত্তবা পুকচেল কোকখরে। মতুগী দমক্তা শ্রীগোবিন্দনা শামুগী ময়া নমথৈ, মতুদা শামু অদু মপি তাদুনা লৈবাক্তা কুম্থখরে। শামুগী ময়া অদুনা লৈপাক্তা য়েশিন্দুনা লৈখ্রবদা মীয়াম্না করমনো করমনো লাউনরকই। সভা অদু কপ্পবগী মখোলতনা কোইনিল নিল্লমই, মতুগী প্রমাণ হায়ববু পি তানরিবা অদুনি। শ্রীগোবিন্দগী ইচ্ছানা শামুগী মনাতোম্না ভাগ্যচন্দ্রগী পদ ধূলি লৌদুনা মকোক্তা হাপখরে, অদুগী তুংদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌবু ময়াংলেন্দা থাঙ্গৎখরে। ভক্তরাজ ভাগ্যচন্দ্র শামু মথক্তা ভাম্থোইনা লৈখরে। শামু থক্তা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা মাংদা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি উদুনা মহাক্কী ৱাখলদা লুপ্পমই। মহারাজনা মিৎলুদা পিগী ঈরা শিন্থদুনা তুজুংবগা লোইননা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী রূপপু লাকশিন্দুনা চামর থৌগল্লি, তাণ্ডব জগোয় শাদুনা চামর হুমই। শ্রীগোবিন্দগী ইচ্ছানা পুংয়েবনচিংবদো পুং য়েররে। মদু উবদা শগাই মথক্তা লৈরিবা পুম্নমক হৌগৎতুনা "জয় ওইরে, জয় ওইরে" লাউনখ্রে। ভাগ্যচন্দ্রনা শামু তোংদুনা কোয়না কোয়না লেংই, মতৌদি দেবরাজ সরারেন্না ঐরাবত তোংদুনা চৎপ-গুমই, হরিগী কৃপাদগী সরারেনমক্তা পাবা য়াই। মদু উবদা তেখাউ নিংথৌ স্বর্গদেব মিত্তগী পি শিন্থররে। বৈষ্ণবকা সঙ্গ তৌবদগী ফত্তবগী পুকচেল কোকখ্রদুনা হিক্লা হিক্লা কপ্পুনা পম্নুংদা চংলরে, পাম্বোম ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা চেন্না চেন্না লাউরকই—"বৈষ্ণব মশক খঙনুদবদগী ঐনা লঙজরুরে, পুকচেল পিকপা অমস্থুং ৱাখল

ফংলুদবনা হিংসা তৌরুরে, পাপ অসি তৌরুবদগী মতম্ চুপ্পা নরক্‌-তা তারে, লাও ভক্তরাজ, ঐবু কোন্‌বিয়ু ; নংবু শোক্‌চবদগী নরক্‌-তগী লাঙরে।" অসি হায়দুনা শামু মমাংদা অকীবা লৈতনা চংশিন্‌খিদুনা স্বর্গদেবনা ভাগ্যচন্দ্রদা খুরম্‌লে। শগাই মথক্তা লৈরম্বা মীয়াম্ অদু কুমথরক্লে, সাধুগা সঙ্গ তৌবদগী শামুগী অশাওবা নেম্‌খরে, বৈষ্ণব ওইখরে। শামু অদু খুমাং অনি কুম্থখরে, স্বর্গদেব শামু মথক্তা কাখৎখরে। নিংথৌনা কাখৎ-প্রবদা শামু হৌগৎখরে, তেখাউ নিংথৌনা লাউরক্‌ই—"মণিপুর নিংথৌনা জয় ওইরে, ঐগী ইরাইবক্ ফবনা আসাম্‌দা লেংবি-রক্লুনা ঐবু লান্‌বিররে।" প্রেম্‌না থুম্‌হৎখিদুনা নিংথৌ অনি কোম্বরে। মদু উবদা তেখাউ প্রজা পুম্নমক্ হরাওনখি। স্বর্গ-দেব নিংথৌনা শামু মথক্তা লেপ্লগা লাউরক্‌ই "তাও, তেখাউ প্রজা অপুম্বা। শামু ফাবা মতম্‌দা নখোয়না জয় ওইরে লাওখিবদো, মদুগী মতুং ইন্না ঙসিদগী হৌনা ভাগ্যচন্দ্রগী মমিং জয়সিংহ হায়না জগৎ অসিদা নিন্‌গ্রসনু।"

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা তেখাউদা শামু ফাবগী মতাং অদু নিংথৌরোল কুম্বাবদা মখাগী অসুম্না ইরি—

"শেন্‌বী তেখাউ লৈমাবা নোংথৌরেল্ স্বর্গদেব মদাইরেম্ হুয়েল্ লাম্থোয়াংশিনা তেখাউ খুল্লক্ পাউগ-চেন্ শেন্‌বি তেখাউ য়াঙ্গোইশা হক্‌চাউববু পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌনা হয়েং ইমুং শোয়বদা য়াঙ্গোই মোইশায়া য়াপান্‌ববু শমু খুৎনা নম্বা ফাগনি হায়না খুম্থোং হুপ্পা পাউতম্লে। ইমুং শোয়য়াইমদি

য়াঙ্গোই পল্লেন্ খারিবা শোঙ্বু তেখাউ লালোই চংনা অহিং খোম্লেন্ ভুম্কন্দা, নোংথিল্ মিৎশা লাংঙম্দনা য়াঙ্গোই য়েংনা মোইশা তায়েএ। মৈতেংঙু নোংথৌরেল্দি অহিং ইনুংমাদি উন্বী অন্না হক্চোল্লবগী পাইমা নিংশা শংহোননা খাম্বী মৈপোক্ থোক্লুম্এ। মৈতেংঙু মতৌ ওম্বোক্পবু মিৎয়েং শান্খৈরবগী য়েোইবু মশানৌ অহুম্মানা লোইনাইনাক্তা চংনা য়ারা অমেঙবা খোঙ্গেল নিংথিবনা পাউহংজখিএ। য়োইবু মশানৌ অহুম্মাগী য়ারা পাউহংখোলবু নাতারবগী মৈতেংঙু লোইনাই চিংথংখোম্বনা য়োইবু ইশানৌ অহুম্মা। শেনবী তেখাউ নিংথৌনা লাইরেল ঐগী ইরাইবক, লাইবক খেনলাই ফব-রাবু তৌও। তৌও! হায়ববু থৌরম করম পাঙশিবনো মুংওল্লে। অসুম পাউখুম্লবদা থায়োইরোল দেবযানীনা তরা ম্লুকুং হানবা, শংলৌ থৌরাং লোইখিরবগা মৈতেংঙু নোংথৌরেন্দা অহিং ইনুংমাগী তরা ম্লুকহা কৎনা মৈতেংঙুনা চীংঙ্ মপুথৌ খোইয়ম সনামহিদা তরা ম্লুকহা মথেল কৎ, চখোম লুয়োই তম্না প্রসাদ চাকলেন কংখিয়ে। অহিং ইনুং ওইরবগী শাংবা য়াহিপ তানা ফমলেনথক্তা কারবগা মৈতেংঙু নোংথৌরেন্দি খোমলেন ভুমকন ঙমদা, অহিং পাংশোই নীক্লা চেংলৌ মিৎশা তাম্লবনিগীনা চীংঙু অচিবা খোইয়ম অয়োইবা কোয়ৌ ফাৎলৌ লৈমাখোম্বনা মৈতেংঙু খোমলেন মঙলানচানবু মঙফাউন রক্লে।

হে লাইরেল ইপারী-ও। নঙবু উনবী পুক্লিং তপ্ন লৈঙম-ও। মম্নিম আসাম তেখাউগী য়াঙ্গোই শামু অঙাউববু নয়ু খোইমোম

ঐনা লাইরেল তে'বাং পিনা ফাগদনে, অসুম চীংঙ, চিনবাম্থোংগী খোইয়ম চিনসনা চিঙ্গোই মপাউমেন, লাংবল খোইরেল হীগুম্বনা লাইরেল পুক্লিং তপহল্লবগ চীংঙ, ম্যাগী মশানওন ওম্থোকপা নিংথি মুংওন মতৌ চঙখোনববু মথেক ৩ শুনা লেপ্পা কোক্কা ব্রাহোং তুরিক থেৎনা খুস্তা বাঁশি বীণা পায়না খোইয়ম মূর্ত্তি শংশংববু উহল্লবগা হয়েং নপোইরৈ পুংময়োন্দা নয়ু ফাৎলো লৈমখোম্বদি ঐনে খোইয়ম ইশানওনবু মওং তোপ্পা হোংলঙেনে। থায়না হয়িঙৈগী মতম্বদা নয়ু পাখংবা মশানওনগী লৈবাক নিংথৌ পান্না ঙাক্লকপবু কুমওন মতম লোইরবনিগীনা নয়ু সনামহি ওইবা ঐগী মতম লাংওন হৌঙল্লবনে। নয়ু সনামহিসু ঐনে, ঐসু সনামহিনে, খোইয়ম ঐদি নপোইরৈ লমদম নিঙথিবা হাউরৈ খানা পাংবরমগী কাইনা চীংমাতোনগী হুইথবা লোকচপ মতৌ নিংথিবরক্কা পামেল থৈবোং পাম্বী নিংথিবা ওইনা হৌরগদনে। ঐবু উনবী পুক্লিং ব্রাকাউ লৈতনা মূর্ত্তি শানশেল্লবগা ইরাৎ পুরুমজোও! লৈবাক মরাক ময়ুং নাইনা কোলোয় নমিং চৎনা থৌরৈ নংগী তেংবাংপিগে অসুম পাউমেল্লবগা চীংঙ মদোম মাঙথোকখিরে। লাইরেল মৈতেংঙ নোংথৌরেল চিংথংখোম্বদি খোমলেন মিকপ থোকপদা ময়ু মূর্ত্তি নিংথিববু উঙমদরবগী পিরেম চাইজি ঈহৌননা উনবী হীক্লা মুংওন্না য়ারা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লকখিএ।

মৈতেংঙ মতৌ ওম্থোকপা অসিবু মশানৌ য়োইবু অহুম চংনা লাইরেল সনা মথৌখনগী অচেন খঙলৈ য়াঙনা চংশিল্লবগা লাইরেল সনা খাদা তুনা ব্রাকৎচৈ। লাইরেল কোরৌ ইনিংথৌ। লাইরেল

খোমলেন মঙলানচানবু করি থৌরম থোকখিরবনো ? য়োইবু মশানৌ ঐখোয়গী থৌখল করি মরম্মু শোয়বগী তৌশীল্লা ? অসুম রাকৎচরবদা মৈতেংঙু না খোমলেন মঙলানচানগী ময়ু অরাং ফাৎলৌ লৈমখোম্বগী মঙলান পাউতাক রারমপুম্বু রারম মরেং শীল্লা পাউদমখিএ। খোইয়ম পাউতাক-রাবু পাউদমগা লৈমা মশানৌ অহুম্মান ইমুং তৈন ঙাল্লগা লাইরেল মথৌখল শমু হকচাং শেংন-থৌ, রারম মরেং চিৎথদনা য়েল্লাং মঙমদম্মু লোইরবগা মৈতেংঙু না মালেম কোক্ত কৎনা য়াইবী নিংশা মায়কৈ য়েং, য়োইময়াই মশেক লাংববু উনবীমুংদা পুরুমজরগা লাইরেল সনা মহকশাংসু শেংদোকচখিএ। মৈতেংঙু না খোইয়ম লাইনিং অচেৎপা চীংঙু থৌখল অরূববু উনবী মুংদা. মুংখনডঙ য়োইবু মশানৌ অহুম্মানা তল্লা রালহৌ শেম্লরে। লৈমা মশানৌ দেবাহুতিনা শিংলেন লৈমুংশি তুলসী নানৌ ১০৮ দংবু মালা পরেং শেম্না মঞ্জুরী নিংথিববু কোরি শেম্পাক থক্তা হাপ্না থৌরাং ঙমদমচেমএ। অসুম মৈতেংঙু গী য়াইফ থৌবু ময়ু খোইয়ম সনা মখোংথাবু রাকাউদনা উনবীমুংদা মুংখল্লা লাইরেল থৌখল লোইরবদা মৈতেংঙু না অয়ূক চামৈ লাংনা ময়ু থৌখল থাকোম্নন য়াইফ খেনলেন অথোই য়েং, মশানৌ লৈমা অহুম্মাদা চীংঙু থৌখল রাকাউদবা পুরুমথৌবু পাউতাল্লবগা শেনবী তেথাউ লৈময়াংয়গী সনা য়োইকোনমুং কোমুং নিংথিবা মায়কৈ ভম্না যাত্রা খোংশাল্লক্লে।

মৈতেংঙু মতৌ উবদা শেনবী তেথাউ মীয়াম্না মৈতৈ নিংথৌ লাকএ য়াঙ্গোই হকচাউবা, য়াইশা মচুম তারিবা অসিবু য়াঙ্গোইথক্ত

চেক্লা পাইঙম্‌দবগী য়াঙ্গোইনাক্তা চংনা নোংমনগদব্বু কল্লকএ, অস্তুম পাঙল মরোল তৈবশিংনা অনি তিম্ন শোঙ্গরে; অহুম ফম্ন লোনহায়ননা শোনমোইনৈএ। য়াঙ্গোই শোঙদি অচৌবা পলেন-য়ায়দা কোয়ব্রিবা তেখাউ লৈবাক মীয়াম্ন মতৌ অস্তুম ঙংথিবা খোয়ফু মহুমম্নুংগী খোইগা পাংথকনে।

শেনবী তেখাউ নিংথৌগা অঙম্ব লাল্লোই ফম্নাইবশিংগা মথং মথং লেংশিন্ননা পনলোন তম্না ৱাইথুংলবদা মৈতেংঙ্‌ লোইনাই চিংথংখোম্বনা হুয়েল য়াঙ্গোই শাম্নু ফাবদা থৌরাং খুদোং থোক্তুবগী শম্নু মতেং তেংপাংনব্বু নম্নু মীপুম তম্বা নিপা থরবু থৌরাং ঙমদম-হলএ। মৈতেংঙ্‌দি শোঙগী থোংলেন অচৌবা পনলোন নাক্তা লেপ্লবগা তেখাউ লৈমাবা, অঙম অথৌ পুম্নমা লৈবাক মীয়াম পুম্নমাবু মথং মথং পুরুম লৈপাইনরক্লে। মতৌ অসি উবদা তেখাউ মীয়াম পুম্বদি পিরেম চাইজি ঈহৌনখিএ। অস্তুম লৈবাক মীয়াম পুম্বগী য়াৱা খোঞ্জেল ইনিলখোনবু নাতাৱবদা শোঙলেন পনকোই-স্নুংগী য়াঙ্গোই হকচাউবা য়াইশা মচুম তাবদি য়াউরৌ শানিগীনা লাউনা খোংনা থোক্লকপব্বু নম্নু মীপুম খুদিংনা উনবী শোঙকী চঙলবগী থব্রায় মিরেল নো দ ক।, পায়মা নিংশা শৎহোলননা য়াৱা তুকুপ চুংনখিরে।

তেখাউ লৈমাবা নোংথৌরেলগী মিংলৈ ম্নাথং লৌরবগা শোঙলেন ঙাকপা খোঙশংবনচিংনা কোনলোন পৌরোল শংলবদা মৈতেংঙ্‌না শম্নু খোংকাপ ২ | ৪ দ'বু থাংশিল্লক্লবগী য়াঙ্গোই মচুম তাবদি মৈতেংঙ্‌গী মতৌ উবদা শামাম্নবা থেংনগে, লেংমাম্নবা

থিল্লগে মতৌগুম শামুনা নোম নোম্না উরক রারক থায়, গুক্লেন লাবা তোমচংকুম পাইশিল্লকলে। মতৌ অসি উবদা মৈতেংঙু দি তৌফম খঙড্রবগী খুত্তা শিংলেন লৈম্নু'শি ম'লা পরেংগা মঞ্জুরী নাচোম নিংথিববু পাইনা ময়ু খোইয়ম লাইনিংথৌবু উনবীদুংদা চেংনা থাগোম্লদুনা খোংকাপ নৌরা থাংশিল্লে। মৈতেংঙু মতৌ উরবদা য়াঙ্গোই শামু মচুম তাবদি তাইবং লোনচংনবা নমু মীরোল খংবগুমবা তাইবং য়িম্নাইথৌনা মবান য়িমদা য়োকচবী পোনবী তেনোই মতৌগুম মৈতেংঙু নাক্তা রাইথুংনা কাউবী চীগ লুক্রা শমু তাংজা লুকরুরববু তেখাউ মীয়াম পুম্বদি উনবী অঙক চংখিবে।'

১৭৬৭ ইংদা মৈদি'ঙু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ আসামগী নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বর সিংহনা মতে' পাংলজুনা তেখাউদগী লেংথোরক্লে অমসু' মণিপুরগী নিংথৌ অমুক ওইবরে।

হৈস্নাম খোঙমনা চৈথাবা কুম শকাব্দ ১৬৯৮ ( ১৭৭৬ ইং ) হিয়াঙ্গৈ থাগী তরানিথোইনি পানবা ইরাই সুমিৎকী অয়ুক য়ুথক মতুং পুং অমা চ'লকপা নিংথৌকাবগী ক্ষণ মহেন্দ্রগী ক্ষণদা শ্রীগোবিন্দ নিকপণ তৌখি।

মতা' অসি চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি—"হৈস্নাম খোঙমগী কুমদি শক ১৬৯৮ দা শজিবু থা ইরাইনা হনএ। × × × × হিয়াঙ্গৈ থা শগোলশেম্না হলএ। ১২ নি ইরাই সুমিৎকী অয়ুক য়ুথক মতুং পুং অমা চংলকপা নিংথৌকাবগী ক্ষণ মহেন্দ্রগী ক্ষণদা শ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌএ।"



বিজয় পঞ্চালী দা মতাং অসি অসুন্না ইরি—

পাত্রমিত্র প্রজাগণ সবহু মিলিল।
ব্রত করি ভাগ্যচন্দ্র সংকল্প রহিল ।।
আগ্রহায়ণ মাসের শুক্লা যে দ্বাদশী।
রেবতী নক্ষত্রে ধনু লগ্নে মীন রাশি ।।
শুক্রবারে প্রাতঃকালে এক যাম গতে :
সেই কালে শ্রীগোবিন্দ অভিষেক কৃতে ।।

লৈবাক্কী অওম্বশিং লোইনা তিল্লে। ভাগ্যচন্দ্র ব্রত কক্লুনা সংকল্প তৌদুনা লৈখরে। হিয়াঙ্গৈ থাগী ১২ নি পানবা শুক্লা দ্বাদশী, রেবতী নক্ষত্র, ধনু লগ্ন, মীন রাশিদা ইরাই নুমিৎকী অয়ুক্তা শ্রীগোবিন্দগী অভিষেক তৌখি।

গোবিন্দ নিরূপণগী মতাংদা নিংথৌরোল কুম্মাবদা মথাগী অসুম্না ইরি—

"ময়ু নোংদা লাইগী কুমশিং ১৭২৯ থুংলবা শকাব্দ ১৬৯৮ গী চৈথাবা কৈন্নাম খোংঙমগী কুমশাদা লোইদাম মেরা থানা রাইথুং লবদা কাঞ্চিপুর লৈময়োন্দা লৈরিবা চীংঙু গোবিন্দ শকপাম্বোংবু শানশেমগে নিংথল্লবগা পামেল থৈবোং সুংওনবদি কোরৌ নোংশা মৈনা পামেল থমুং থিৎনা কংলবগী রারম নিংথিববু মৈতেংঙু লোইনাই চিংথংখোম্বা সনা খাদা মদাইরেম নিংথৌ লম্নকোই শেনবশিংনা পাউহোমজখিএ মৈতেংঙু কোরৌ ইনোংথৌ ! তাইবং সরারেন-ও। লমলেম লাংথবাল সনা য়োইকোম্নুংদা থম্লম্বা পামেল থৈবোং সুংচানবদি কোরৌ নোংশা মৈনা পামেল উমুং থিৎনা মকংলে। ইনিংথৌ, উনবী পুকথুংনা গোবিন্দ মূর্ত্তি শানশেম্ববু য়ারগনি অসুম পাউকৎলবদা ভক্ত মদাইরেম চংখোনবা মৈতেংঙু লোইনাই চিংথংখোম্বদি উনবী পুক্লিং হেকঙাই মপাউ চাউনা মিংথল্লবগা মদাইরেম উরুং খুৎহৈবা ছিয়াৎপম-চা লোখোনবু অচেন খংলৈ য়াংনা পাটকৌহল্লুইএ। মৈতেংঙুনা লমলেন লম্লাংতোক লমদগী পুনা লা থবাল সনা য়োইকোম্নুং সুংঙাইবদা কোরৌ অদু নোংদবু য়াংনা রাইথুংলকএ। লমলেন লাংথবাল সনা য়োই কোম্নুংদা রাইথুংলবগা মদাইরেম খুৎহৈবা ছিয়াৎপমচাবু পামেল নাক্তা থুংমল্লা সনা য়াথংনা পাউমেনখিএ। হে ইদাইরেম সুংচানবা লোখোন্ও! পামেল অসিবু উকক মকম য়েংনা ককও হায়ুনা পাউতাক্লবগা মদাইরেম লোখোন খুৎহৈবনা পামেল মতুপ মকম

য়েংনা ককচখিএ। পামেল উকক মওংবু সনা মিৎয়েং খোইকাই চিংনা উরবদা মরেপ শাংবা য়াৎলগনি হায়না মৈতেংঙু লোইনাই উনবীসুংদা নিংখল্লবগী লোখোনসিং মদাইরেমদা অসৌবা অমরক করুবা হায়খিএ। মৈতেংঙু সনা ময়াথং য়াথং থুমখোই-য়াগী মদাই-রেলোখোয়া পামেল থৈবোং অদুবু উকক মফম য়েংনা মতুপ অনি অহুম থোক্লা মকরুববু মিয়েং শানখৈরবদা পামৈল্ল উকক খুদিংদি উকক লেম্না মাঙফরোই। উকক খুদিংনা চীংঙু শকশানথোং অমমম্বু ওইনা পুথোকদনে অসুম পাউতাকপিখিএ। মথং মনাউ কায়ফরোই হায়বসুং পাউতাকএ।

মদাইরেম সুংচানবা উরুং খুৎহৈবা ছিয়্‌ংৎপনা পামেল থৈবোং মকোকথংববু মৈতেংঙু সনা মপাউমেনগী হান্না শানশেমগে হায়না শিংজও লৈতোয় চন্না খুৎলাই হান্না থাঙমল্লুবগী খাখী মৈত্রেং মৈখীক থোকপৰ মৈতেংঙু মদাইরেম লোখোয়া পুক্লিং শোঙকি চঙলবগী লাইরেল সনা মখোংখাদা য়ারম থাংথৈ শেংনা পাউকৎলুইএ

তয়ম ছিয়াৎপা খুৎহৈবা মপাউমেনবু নাতারবদা মৈতেংঙু না হে তয়ম খুৎহৈবা লোখোনও। চীংঙু গোবিন্দ মথৌয়াংগী কোয়ৌ নোংদমখোনবু য়াৎলঙৈবু ওইনঙৈনে। পামেল উরুন্থবু থমখিও। মথং য়েংনা শানশেমও হায়বগী মদাইরেম খুৎহৈবা লোখোয়া উরুং সেবক মপারী পুন্ন-হৌ পামেল উকক মথং মরেং শীন্না খোইয়ম গোবিন্দ মহকশাংবু মুর্ত্তি শংশং থোক্লা শানশেমখিরে।

মতৌ অসুম মৈতেংঙু মথৌয়াং হিন্দু আচার মরমচৎনা পোইরৈ হৃপা তানগদবা বাবু চীংঙ লাইরি খঙবা মকোই পাউনিংশিংবা

পোইরৈচা অখঙবা নম্বোল থোংহি মাইবগা শামুরৌ চিংগোংগা কমেং ফদিবগা লাঙ্গোল লুখোইগা মখোয়মখৈদ্রি হিন্দু লাইনিং চৎঙমদরবগী খোইয়ম লনশাকম্বু য়েংনা মহৈ মহৈ শানথুপ্পখিরে।

থৌরম অসি মৃতুংদা চীংঙু গোবিন্দ মহকশাংগী চেংলৌ শক-পাম্বোং নিংথিবা মূর্ত্তি শংশং থোইখোইববু শানশেম লোইরবগী মৈতেংঙ, সনা মখোংখাদা য়োইনা পাউহমজরবদা লাইরেল সনা পুক্লিংদা উনবী হেকমায় মরাঙ হৌরবগী পরমানন্দ, স্বরূপানন্দ, ভাসপতি, ভাস্কর, গৌরশ্যাম, খুম্বোং চন্দ্রমনিনচিংনা রতন মাগী মফমদা পাউহমজৈএ। হে রতন লয়কোয় ফম্বা। খোইয়ম লাইলম্বু ৬ মাও। হন্দক মতম শ্রীহরি মথৌজালগী চীংঙু গোবিন্দ মূর্ত্তি শানশেম্ববু জীবন্যাস মঙম তৌনা পুকম ইরাৎ থৌরমদা নিংথৌ শাগৈ মচেং প.-চা হৌন চৎনা খঙনববু পাগী পুগী চৎলম য়েংনা চন্দ্রাব্দ খুৎপাই কৌবা লাইবক খেনলাই য়েংন-চহিবু শানশেম্বি-ও। চীংঙু সনা খুয়াখাদা কৎচঙৈনে অস্থম পাউতাক-হীকএ। রারম অমস্থং চীংঙু গোবিন্দজী থোইখোইবগী জীবন্যাস মঙমথৌবু শংলৌ থৌরাংনোংদা শ্রীভাগবত থোইখোইবগী রাস-লীলা মুংঙাইবা চীংঙু রতি শাম্নথৌবু রারম মরেং চুম্না নৃতক চুকোই কৎঙৈনে। রারম অস্থম পাউতাক্‌থোনগী কবো খুবোম্বদা য়ার' পাউশিন্নরবগা লৈভায় নোংদাই খোইয়ম খুম্বোক হয়াউ খুৎলোন শাথেক্ল চুকোই মপুৎ শেম্না তম্মলে। য়োইবু মশানৌ ঙাংবম চনু হরিমতিনা চুকোই মকোই চিংলে। তম্পা রাংঙমলোন বিম্বাবতীনা থৌরানী শাদুনা রাসলীলা মপুং

ফানবা তশ্মল্লে। সনা ম্নোইকোম্ংগী ব্রাহ্মণ রতন্না চীংঙু শ্রীগোবিন্দজীগী জীবন্যাস যজ্ঞ মণ্ডম-থৌগী কোরৌ অন্নানা থবা অশেংবা খনখিন্নবগী লোইদাম হিয়াঙ্গৈ ১২ নি পানবা ইন্নাইগী অয়ুক য়ুথক মতুং পুং ১ তারবগা নিংথৌকাবগী খেন মহেন্দ্র পুংফমদা জীবন্যাস কৎলগনি লাউথোক্লে। অসুন্না রতনশিংনা ময়ু কিয়াম্বা সনা হাক্তক্কী চীংঙু বিষ্ণু ইরাৎনোংগী হৌনা চন্দ্রাঙ্গ খুৎপাই অমরক শেমজরে। মতোল ইবুংঙো ঙৌব্রাম শাইনা ঈশৈ হল্লে, ধরশাইনা দুহার, শ্রীযুৎনা পুং থোল্লে হায়রগা রাধাভাব সংকীর্ত্তণ হৌরে।

থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল
৩১। ১২। ৭০ ইং

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ

# শাস্ত্র ফাবা অমসুং শ্রীগোবিন্দ নিরুপণ

## অহানবা পন্দুপ

## শাস্ত্র ফাবা

শ্রীহরি হয়াহে হে লিকলাই ও। ইবুংথো নোংথোরেন পুমাবা-ও। তয়ম চিনগোই ইরাকমনা লৌশিং উপু ভুংনযম্মু ওইরিব। য়োইবু সরস্বতী লাইরৈমা হুম্পু নারেংশুবীবু নিংশিংদনা লাইরেল কোরৌ ইনোংথৌ, অরাং কোরৌ নোংনা থাপাখোই, শংলৌ নোং করিওম্বা, নোংচুপ লানভোন থৌবা, ধর্ম্মপুর য়িমচং মাম্বা হামৈ ভাংকা মরমগী, উযুন তাঙ্গোই মথক্তা মালেম কোই-কোইনা লৈশেম্বা চীংলেন নোংতাইখোম্ববু তাংক্তা লুদা থোংনা শৈখিজরকে। লাইরেন নপা ইবুংঙো শ্রীযুৎ জয়সিংহ মহারাজ নোইনাই কৌবা চীংথংখোম্বা ধর্ম্ম-অতিয়া নোংথৌরেম্না লহান মাংদা পোইরৈ সনা লৈপাক শেমলকঙৈগী হৌনা ভেংথাজরকে।

নয়ু ভুবী য়োইনোংতা নোংতা লাইরেন পাখংবগী নোংতম মথৌথাগী ইপোইরৈ সনা লৈপাক অসিবু হৌজ হৌজ খুন্তাক মঙারক ভাকলবদা লাইরেন মৈদিংঙু হেরা চীংবা থাংগুম্বা নিংথৌ-রেম্বা মতম লাংওন অতুবু হেম্রনবু থোংনাং মপুংয়াইগী ভেখাও মভম্বাক্তা শাস্ত্র পখিজে। মতমদো শা ওম্মোকপা লাংকম অরুববু

:শন্নবা তেখাও নিংথৌ থোংনাং লৈমাবদা মমোম তম্ফা রাঙমলোন চৌংলাই লৈমা লাইরেন কদেং ঙানবা চম্নবু পীনা য়োইচান্নৈএ। রাহৈ অরাক তমঙমদা, পাম্বোম মীরুম খুপনা অম্সুন্না পাল্লিভৈদা শেনবী নিংথৌ তেখাও লৈমাবনা লাইরেন মৈদিংঙুগী গুণ মতিক অরুবা লাংওন মতৌ চংথোনববু খঙ্নরগে হায়না থোরাংলকলে। ইমান মণিপুর পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ চেয়নৌ সনা চোংতোনরেন-গুম্বা-ও। নংগী পাঙ্গল নথৌমন লাংওন মীপোক অরুববু খঙনরগে। লাঙ্গোই ঐগী লৈরেমকাও লুৱাং অহোংবা চম্নু য়াওৱা শিনকিপিনা ওনখিশা, শামু মচুম তারিবা অসিবু লাইরেন শমু নখুংনা নম্না পাইয়ো। য়োইময়াই মহুমম্নুংগী অঙানবা ময়িম্নাক্তী নোংথিন পোবোপ্তা খুনকুম্মে হায়ববু খুংতম শংশংনা খঙ্নরগে হায়না পাওমেল্লববু লাইরেন মৈদিংঙুনা নিংখনখিয়ে। লাঙ্গোই মচুম তারিবা শামু মাগী য়াইশা অসিদি নমু তাইবং মীওইবনা শমু মনাক চংববু হায়দববু মালং অয়াংবা থমকোন অহুম্বামক্তনস্নুং শামুগী মনাক্তা লেংলেংবু হুমফদা হয়িং পেংলোইয়া খোইয়া পেতুশিংনা লাঙ্গোই মতুরকতা তোংফদরবা শানে। অস্নুক ঙাওরবা শামু অসিবু লাইরেন ঐবু লাঙ্গোই নাক্তা চংনা য়ারেন ময়া পায়-ও হায়রবনে। লিকলাই ঐবু করিগী লাকচ-খুড়ুম অস্নম চন্নবনো। থমলাং ইপা পাপল্লোন ইরেং ইপু পুপাল্লোন খুদিংদস্নুং তেখাও ত্রিতাং শানফোংবা নংগুম্ববুদি খুয়া ঐগী উফুন লোইনে। মতম ঐগী খুদোংনা থিরবগী তৌরবনে, কল্লকইদা হায়না লাইরেন শয়েং পাম্বোম তিংনদি কল্লাও মখৈ লৈতনা মুংওন সিমা ওম্না

লিকলাই হেকঙাই মপাও চাওনা মিৎলু থম্বাল মানবা অনিমক্তা প্রেম চাইজি ঈন্নাওখোনবু চৈরোয়ননা য়ারেন খোনকৈ চিকনদি ইমু ভুবী য়োইনোংতা নোংদা লাইরেন পাখংবনা কোয়ৌ নোংম-দোনগী য়োইময়াই মুমিৎ পুংগোই মন্থমন্নুংগী কোয়ৌ মুংথিল পোবোগা খুনকুমলকপা, লাইরেন খুনবীলোক্তা য়াকাফাপা নংস্তং ইমু খোইমোম লাইয়িংথৌ ওঁলৌ য়াইবিরেন শিদবা য়াওন্না কোখাং-সাকি নমু পোংথৌ মথংলেংনা থেৎতমলকপা থিরেন উংলৈন্নুংগী লাবা থিয়াংথোকনা খোইমোম য়াওন্না নখোঞ্জেল অহানবনা লাংবন খোইমু খোন্তানবনা চেংলৌ-শক্নোই-থোংবু ওইনা মালেম মপূং লাকহৌরকপা সনা কোনসৌরেন মালেম লৈশিরকী তোননিংথৌ কোয়ৌ নোংমাইতেমকী অন্নাং নোংনিংথৌ য়োইরেনপা নংগা নবিং-ঙাগী খোইমোম নহাকশাংতাকী লাইরেন এবু শংশংনা পোকল্লপনে হায়বামক্তবু ওইরবদি, লাঙ্গোই মচুম তারিবা শামু অঙাওবা অসিবুদি ভুবী শমু ইখুংনা কংনা শামুগী য়ারেন ময়াবু পায়রগে হায়না চরৈ ফিয়েকলবা মানলৌ খামেন চপ্পা ফিবু তারৈ খাংচেৎ মতাই তাখৎনা তাংজ লিনলাথৌকুম লেপকক্ লেপ্পা নাইদনা মৈদিংঙুনা মালং নোংলৈ অয়াঙবগুমনা য়ারেন ময়া অনিমাপু পায়গে হায়না চংশিন্নকপবু মৈদিংঙুগী লাংওন অরুবা ব্লারেপ অরেপ্পবু শংশংনা উরবগী লাঙ্গোই শামু মতোম্মক খুরুখুতপ কুম্না লাইরেন মৈদিংঙুবু লাঙ্গোই হাসং চাবা শামু মচুম তাবা অঙাওবা অদুনা য়োইনা পুরুমঙম্মে। লাঙ্গোইগী ময়া থম্বৌ লৈরাংয়োনগুম্বা অনিমকপু শ্রীলশ্রীলাইরেন শমু খুৎনা নমদনা পায়রে।

মৈদিংঙুগী খোংকৈ থম্বাল মানবনা শামু মরাইবক্তা নেৎলে। অসুম্না তৌবা লাইরেন প্রাঙ্গল মথৌমন অসিবু শংশং উরবদা তেখাও নিংথৌ লৈকোই ফম্বনা পুন্নিং অকীবু চংদনা হে মণিপুর পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ নংদি লাংওন মীওইপানবু নত্তরে, চীংঙু নোংথৌ সোরারেন্না তেখাও ঐগী ইরৈপাক ইপুংয়াইদদি লেপনা মালেম তম্প্যাক লৈতারকলবনে হায়না থরাই মিরেন পাই মিরেন থাখংনানা পুকমলবে। লাইরেন কোরৌ ইনিংথৌ তাইবং সোরা-রেনবু শংশংবনে হায়বযু তাংলা খঙজরে হায়নদি শোংকিনরে। তেখাও মরৈপাক পুন্নমক অঙম্বা রাগী বিচার নাতৈ থিবনা নহান্নুবী হনু হনবা খৈবিকনা লাইরেন পাঙ্গল মথৌমন লিকলাই মতিক অকববু ফোং ফোং উৎলবদা থরাই মিরেন পাইনা থাখংননা শোংকিনরে। মতৌ পান্দম অমদি থাইনা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠির নিংথৌবেন্না মশানৌ মচিন-মনাও মঙামক্কা দ্রৌপদী যজ্ঞসেনীনে লোইননা তকুকমকনা বিরাট লৈপাক্তা পুডুনা শাম্মু পলুবা অদুগী লৈবাং মতমবু লেপনা ওইরে হায়না তেখাও মরৈপাক পুন্নমকনদি শোংকিনরে। কোল্লোয় শংগাইবু চাওনা শারে। সনা-লুপা, ফিগে-ফিরাং পুন্নমক চানবনা লাঙ্গোই শগোল শামু পুন্নমকপু লাইরেন সনা নখোংখাদা কচ্চরবনে হায়নদি য়োইচান্নরে।

লাইরেন গুণ মতিক অকবনা পাঙ্গল মথৌমনগী মীগী মীরৈ-পাক ফৈতোম তোংতম য়াৎপদা তেখাও মপুংয়াই অদুদা লৈববু পুকনিং অকী লৈত্তা তিংখং রাশৌ নাইদনা অস্থমনা য়াঙ্গোইরিডৈদা কোরৌ নোংমদোনদা শানথুপখোইবদা য়াঙ্গোইরিবা ঈশ্বর মপুরেন

চীংঙু জ্যোতির্ময় মঙাল অরাবনা মুমিৎ কোটি লিশিং থোকপবু হেন্নদি ঙাম্মোইবা, খোংগা খুৎকা খুজিন কুনমকপু নিনি পানবা থাগুম্না মকোয় খাংফাং মান্নবা শ্রীগোবিন্দ থোইখোইবনা লাইরেন সনা উনগোই পিবুকমুংদা থম্মোই লৈকামুংদা পকপিরবগী নোংঙাল্লমদাই চীংখৈ লৈনা হুল্লকলবদা লাইরেন মৈদিংঙু গী চেংলৌ মমাংদা থা, চীংঙু চেংলৌ শকপাম্মোং পুমুং মরেপ শংশংবা, চীংমুং নোংথাং কুপকুম্নবু শংশং উৎনা হে লাইরেন মৈদিংঙু জয়সিং মহারাজ মণিপুর পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ-ও। নংদি নপোইরৈ তাম্মোং মযুং কুই, লেমথোং মফৈ পাকনা মুমিৎ মহুমমুংগী মণি য়াইরংচান্না খুনকুম্মে হায়বগীবু মণিপুর পুংময়োন-ও কৌবা অসিবু শুকং লৈকোই-রেনবু চৈরোয়নবা নরৈপাক অসিবু কবিগী গুনলাল্লম্বনো ? হেৎপা লৌমন লাংদগী মারেম য়াঙ্গেন শুমশিৎনা ব্রাইশেং লৈমায় শিৎপাকুমনদি ওৱা নমু মিতমথি মিতাক শানফোংবনা করিগী শিৎনা থম্লমবনো ? মাংফদবা নরৈবাকনে। চিংঙু ঐবুদুম মূর্ত্তি ইহবশাংবু শংশংনা লিংখৎ-ও। পোইরৈ সনা নরৈবাকপু শেমলুরসে কায়নদি লিকলাই মমাংদা শংশংনা লেপ্না চীংঙু শকলেন চেংলৌ মঙাল নাইববু শংশং উৎনা উরবদা হাই হাই হায়বা কোলোয় খোঞ্জেলবু ব্রাংনা থোক্লা লাইরেন শায়েং মপানবোম থম্বৌ লৈরায়োগুম্বা অনিমকপু থাঙ্গত্তু না প্রেম লাইজা ঈরাওখোনবু চৈরোয়ননা চোইনৌ সনা ফমজাওথক্তগী ওম্বরকলে। হে ঈশ্বর মপুরেন নিংজ ঐগী খুৎপাই অচেৎপা ইবুংঙো। তাও-ও। হৌজিকীবু চেংলৌ মিকুপ-মরুমদা অসিদবু চীংঙু শকলেন শংশং উৎলমবদাই। কদায়নো ?

লাইরেন ঐনা অহিং নোংথিন নাইদনা নিংজববু থুংলে। পোইরৈ ঐগী সনা লৈপাক অসিবু চীংঙু সনা নখোঙখাদা কচ্চরগে হায়না মালেম লৈদা ওন্না হাইহৎ লৈমাই রাম্থখিববু নিংশিং পুকনিং থঙ্দনা ওল্লবদা য়োইবু কংলৈ মৈতৈলৈমনা য়োইহৈ মঙাইরোই সংকন মফেৎলোই পুন্নমক্না হিঃ করিনো হায়না লাংরেন কোরৌ ইনোংথৌ তাইবং সোরারেন নমু ইবুংঙো। তাও। করিগী মালেম লৈদা ওন্দুনা রাম্থঙমলবনো হায়না লাইরেন ঙকশম তোংতম কোম্না চীন সনা থম্বাল লৈয়োন চুপনা অসুম্না রাহম্ববু লাইরেন মৈদিংঙুনা য়োইবু ইশানৌ কংলৈ মৈতৈ লৈমা তানথোং অহোংবা, লেমথোং হাকুবা চন্মু-ও। নপাম চেংলৈ অশৈনবা রাংকোন তেংথানা, চেংলৈ পামংখোং, ইরেং থাংহুৎ রা খমলাংবা তাংশিরাবু পুমন-চন্না অশৈবা চন্মু-ও। অসি কোরৌ মুমিৎমাদা লাইরেন নোংলোন অহুমমক্কী মবুংঙো নর-নরায়ণ শংশংবা ঈশ্বর মপুরেন্না লিকলাই ঐবু য়াহৌররে। ইপোইরৈ তাম্হোং ময়ুং কুই, লেমথোং মফৈপাকপা পুংবু মানবী পীমাংনা কাওরেন যল্লাও মচানা যণবী মপী থানরবগী কাওরেন খোমখাকপু থকপা ফ'দরবঙম লাইরেন ঐবু ঙাইচা খমচারে হায়ররে। পোইরৈ সনা ইপুংয়াইদা থোকলসে, লিকলাই ইপারি অঙাং নাওরা অখুবা কুকু মীরোন থোক্তরিবা অসিস্থং মিংলেন্দি শেনবী তেখাওখোম্বা কৌসে। চীংঙু মরনকুবু তানফংলে। অহিং নোংথিন নাইদনদি থোকলসে হায়না মদাইরেন পোইরৈ লৈপাক মচা লিকলাই হৈনা মতুং ইল্লিবা, অহিং লিকলা খাঙবা নোংথিন মৈশা লাংলিবা পুন্নমকতা নহা-মুবী থাকপা নাইদনা পোইরৈ সনা-পুংদা রাইথুংলরে।

লোইয়া মতাইমা খুরোই হাওরা লমলাংতোং খোইমোম লাই-মিৎথু কুমনরম, চীংঙ লাইরাংলা তানালমতা পোইরৈ লৈপাক পুম্না তিন্না কোপুং চাওকোই শেমনা অস্থমনা পোইরৈ লৈপাক লিংখৎ-লরবদা মদাইরেম পোইরৈ লৈপাক পুম্নমা কাওচেং য়ামবা মীচিকতা থিংপা য়ামনা লাংতব্নঙম্লবা পুম্নমাস্থং লাইরেন মৈদিংঙ্বু চীঙ নোংথৌ সোরারেন্না মালেম তম্পাক লৈতারকপগুমনা খঙ্লোদনা ব্রাইথুংলরবগী হরাও পুক্লিং পেল্লে। চাবা পুকথন খঙ্জরে। তুম্বা য়াহিপ শুরে। নহা-মুবী, হমুহনবা খাক্তনা লাইরেন সনা মখোঙ্-খাদা চেনকা য়াঙলকলে। লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ তাইবং সোরা-রেন শংশংবা ইবুংঙো। তাও-ও, নদাইরেম ঐখোয়দি নুংলক হারা অচেপ্পা হাবু হৌনা, ব্রাখা লক্নু চাঙচন খুথাহৈ, কালেন লাইজা ঈফং-দবা ঈশিং ময়াং কংবদা লৈবা লেমলৈ ঙাগুমলে। ননাই ঐখোয়দি হৌজিক্তি লিকলাই কোরৌ ইনোংথৌনা ব্রাইথুংলরবা অসিদদি পোইরৈ করিগী থোংখোংবু নীক্কবনো, তেৎনৌ কনানা য়ুহা হারক-পনো হায়না অস্থমনা পুরুমজয়ে। লাইরেন চেংলৌ শকপানথোং কোরি নাপোম থোংবু চিংনা য়েংনদি অনি কোম্ন অহুম কোম্নমা হায়-হৎ লৈফাই তু, থরো মালেম লৈদা ওন্না অস্থমনা মীয়াম পোইরৈপাক কপনয়ে। লাইরেন মৈদিংঙ্না মিৎকোই লাইজা ঈফম তাওনা প্রেম ঈথক হৌনদি পাওমেল্লকলে। হে ইদাইরেম পোইরৈ লৈপাক পুমনমক-ও। নহ.-মুবী হমু-হনবা নখোয় পুম্নমক-ও! কপলগুনো, তাঙাইরো হায়না খামজিল্লে। হাক্তক লাংওন অসিদদি লাইরেন কোরৌ ননোংথৌ ঐনা পোইরৈ লৈপাকপু ঙাকফরোই-এ। কোরৌ

নোংমাপা ঈশ্বর মপুরেন্না শ্রীজি থোইখোইবা ননিংথৌ সনা পল্ল ওইরম্লনো। লাইরেন ঐনা নিংলিবা অসিদবু নখোয় পুন্নমক্তম্লুং নিংবি-ও হায়না পোইরৈ লৈপাক পুমনমকপু পেলহল্লে। য়ারম অদুগী মতুংদা লাই রন মৈদিংঙু না অহিং নোংথিন নাইদনা শংলো থোরাংলে। লাইরেন য়েনলাং ইঙম তমলে। তুবী ফমথৌ মঙাই-রোই লাইরেন নিংথৌ মহিশাং লেংগা তিন্, ব্রাহ্মণ পণ্ডিত নাকলো শিন্না চীংঙু মূর্ত্তি মহাকশাংবু শংশং লিংখৎলে। খোইমোম কোরি পামপোমথোং থবাক ঙানফমশোইদা পুকশি হুইথাপ শোইনাতা, খোইচি খোইয়া শেংক্রুক পাফন, ফৈকন, খুকউ কাংকোই, খুঁরাই, খোংচেং খোংনাও খুচিন, লৌরাই শমলাং খোইখোই তাবা শোইনাতা, চিনবান মোইকাইয়াৎপু শোইহন্দা, নাতোন তাচি অনিমকপু তিল থোইদিং মপানকুম মাননা, নাখাং নাপোম তিং, মিৎলু থম্বাল মান, লৌরাই কোইরেন-থক্তা রাহোং শিখি চন্দ্রিকাকি, তুনিংথৌনা কোকলেন লুফম নাই-এ। খোংগা খুৎকা খুজিন বুনমকপু নিনিপানবা থাগুমনা মকোই খাফাং মান্নএ। য়োইবু মশানৌগা শয়েং শোইনদা পাম্বোম হেন্নদা শমচি হুকতুং থাংনা, শম্মৈ শমদোন য়োম, সনা খুচি পান্নেন হো, সনারিকনা ঙাঙ্গোই হুকনা চিংঙু মতৈ-মনাওবু চোইনৌ সনা ফাস্তেংথক নিংথিবা সনাগী সিংহাসনদা থাঙ্গত্তনা জীবন্যাস তৌনা লাইশেংলবদা অধর মুরলী মতৌ উরবদা লাইরেন মৈদিংঙু শ্রীশ্রীযুক্ত জয়সিংহ মহারাজ নোইনাই কৌবা চীংথং-খোম্বনা পাম্বোম থখৌ লৈরায়োনগুম্বা অনিমকপু থাঙ্গত্তনা জগোই

লেপলৌ শারে। লাইরেন ঐঙোন্দা চীংঙু চেংলৌ নশকরেন উৎলবগা লিকলাই ননোংঘাই ঐনা সনা মুর্ত্তি নহাকশাংবু লিংখৎচবা অসিগা শোইনদরে হায়না প্রেম ঈথক হৌনা চীংঙু সনা মখোংখাদা লাইরেন ননোংঘাই ঐগী নিংথৌগী পোৎলোই অয়াম্বা অসি চোং শেকপিন্নচিংলিবা খৈবিকপু গোলোকনাথ মপুরেন খোইমোম সনা নখোংখাদা কচ্চরবনে। ইপোইবৈ সনা লৈপাক অসিদা চেৎনা ঙাকপিরো অস্নমনা কচ্চরে হায়দবরা ?

চীংঙু মরনকু খোইমোম মথৌজানগী পোইবৈ মরাং হৌ, ৱাংঙম মথি নাইরকলে। কোন্নুং মমিংথোংবু বিষ্ণুপুর হায়না কোলোই মমিং থোক্লে। অস্নমনা লমলেন লমলাংতোংদা নোইনাইনা শাংনা য়াঙ্গো-ইরমলবগা লাল্লোই ময়াইরম থোংলেন তাইপী লাংথবান, কুরাপী লাইমন খোংদা কোন্নুং সহরবু শেমলগে হায়না নিংলদনা পোইবৈ লৈপাক পুন্না তিন্না থৌনাএ। লৈপন পঙ্কাও কোইনা গোলোক-নাথ মপুরেনগী খোইমোম লাইশং-শা, মাঙোপ চাওকোই-শেম্ মৈদিংঙুগী কোলোই শঙ্গাই চাউনা-শা, পুখ্রি লৈফম চাউনা তৌ, ময়ুং চাউকোই লৈনবু চীংঙু নোংথৌ সোরারেন্না মালেম তম্পাক লৈতারকপগুম অস্নম্না লৈপাক ময়াই চন্না হোংজিল্লকলে। কোন্নুং মমিংথোংবু কাঞ্চিপুর-ও তৌনা কৌএ। পোইবৈ অনৌবা মনিন-নাই, ৱাঙম মরাঙ হৌরকলে। ভরা চাকহোংলে। নোইন্নু থুমহোংলে। লেমলৈ ঙাখানা মৈখোমনানা অস্নম্না চাকহোং ঙাহোঙ থুমহোংনা অস্নমনা চৈহৈ কুমশিং য়ামনা কুইনা পাল্লে হায়দবরা ? হে লিক্লাই ও। লাইরেন ইখুন খুনশিতাববু থম্লম্গে

হায়না পোইরৈ 'লপাক পুমনা তিন্না তুখুন মালেন লৈতৌএ। তুতৌখোং মমিংদি লৈশাং-হিথেনও কৌএ। লোইদাম কুম ওল্লবা খুদিংদা পোইরৈ খুঞ্জা নাইজ-তিন্, লৈকাই খুনচেন মরিমা হৌনা হিয়াং কুমৈ শানৈএ। অসুম্মদি পোইরৈ চারি কুই, ব্রাঙম খোংতোন শাংনা পাল্লবদা য়োইবু লেংনা তিনবী য়োইহৈ খোংফাং লেংবীরক্তগী লাইরেন মৈদিংঙুনা মুংওন পুকতিন্নবী, য়োইবু নোংসুরোন য়োইহৈ খুনপোং অপাম্বী, পাৎয়াই থরো লৈ কৌবা লোকলৈ, চাগুই লৈরিক চিন, লোকয়াই পামফৌরৈ। তাংখুন হুইচা নিংথৌগী লোইবী লোকয়া মালৌলেন্দা হৌবা শিনৌ লশিং তিনগুম্বী, শিঙলেন লৈয়ামলক্তগী খুৎনা, খনবা লৈগুম্বী নো'দারেন তুবী পাখ'বা খোইহৌ লৈ, পাৎয়াই কোনথন্ লৈ, থম্বাল লৈরিক চিন্না, লাইজা ইয়াই লাংনা শাৎপা লৈগুম্বী, সনা কোন্দুম লনমরুগুম্বা লিকলাই নোংথৌরেন্না অহিং নোংথিন নাইদনা নিংথৌ শমক্রু হকতা পকপগুমনা থমলিবী য়োইহৈ নোংসুরোন পায়মা সনা লিনগোইগী সনাহল **বিশ্বনাথ লোইবী খোংচাইগুম্বা** পোকলে। লিকলাই নাউরোন মতুং থোকপদা য়োইবু হৈনিংবী নোংতামতা খৌরী চরম কংনা তিললাং লাইক্রুম মফানা, নাউয়ৈ পিবুক থন্না নাউপুরবদা য়োইহৈ মনোং নোংশিং গুরবদা ব্রাঙ্গোন শঙলেন শা, নমু পোংয়াম তিন্না ঙাইথমববু, য়োইপু চাওন্ খোয়চি মুংয়া-য়েক খুব্রাং খাংচেংননা, চাবোক নাউকন্‌শংদা চঙনা লাকনববু কোরৌ মুমিৎ নিনি লাক্লরবদা য়োইবু মশানৌনা লাইরেন ইশাবি-ও। য়োইবু নশানৌ

ঐবু কদৌবনো ? লাইরেন ইপারিরা ? ইমোম তম্ফা রাঙম-লোল্লা ? হকচাং ঐবু থোইনা লুমহৌএ। অওন্ ওল্লাং শাওবনা থোইখোই নিকএ। পায়মা ঐগী পিবুকন্নুংবু থৌদু পুঙমদা, চেঙচা থাংঙমদবা নুংগুম লুম্মে। মতৌ লাংওন্ শৈওল্লে। নশানৌ ঐবু নুংবং ঈরৈ চল্লে হায়না রাহমববু লনয়াই ওইবকিপু থাকা-থা, তাবু লুবাক মন্নুংদা লিবা লনগুম্বী নংবু করিগী নুংবং ঈরৈ-চনকুনো। লিকলাই ইপারি কোরৌ নোংবু খোনবা মালেম তমপাক লৈবু লুম্বা, অৱাং থাকপা নোংশীংজংগুম্বা ইচাবু পোক-লঙৈনে ! হায়রিঙৈমক্তা হুংঙা অঙাং খোঞ্জেল থোকনা মালেম তম্পাক লৈতারকলে। নাওৱা খোইরী থাওয়না লিকলাই ঙংকোইপু অহুমলক পৈনা য়েৎলে। লাইরেন থাংচা লুফমতোনবী শংনা হুথববু নাখা নাচি কুপনা হুথয়ে। অসুম তৌবা মতৌ ওম্থোকপা লাইরেন মপারিগী খুৎতম শংশংববু উরবদা লাইরেন মৈদিংঙুনা লিকলাই শয়ে মপাম্বোম অনিমকপু থাঙ্গত্তনা জগোই খোংলৈ শারে। অতুমক্তা পেনফাহ্নদনা কম্পোং অতেরা চাচনহৈপা মচুখং, ইংঙেন লৈথেৎ তৈনা হেনমোইবা চুংবু লাইরেন মৈতিংঙুনা চুংলেন ঙক্তা হুক, তিমেন খুৎতা শুনা নহাদি জয়সিং মহারাজ নোইনাই কৌবা চীংথংখোম্বদে, লিকলাই ইপারি নোংপোক রাইরং লৈ, শাফম লানফম খুদিংদা য়াইথোইবা খরং হাইনু চেকুম্ববু পোকলকলে হায়না লিকলাইগী শমু মখোঙ খুদোন থম্মৌ লৈরায়োমগুম্ববু হাইনা মালেম লৈদা খপ্পদি চীংনুং থারক-লৈগুমনা য়াঙনা খোশায়ে। রাংগেন মরাঙ হৌনা পুংথিল্লে।

কামান খোঞ্জেল চাউন। অনিরক থিনকাপনখিয়ে। কোরৌ নোংশিং শুরবগা লিকলাই ইপারিগী বোল্লোই মমিংথোংদি **শ্রীগম্ভীরসিং লাঙ্গোই শামু ফাবা** কৌএ হায়না অসুম কোল্লোই মমিং থোল্লে। লিকলাই ইপারি অসিদি নিংথৌ ঐগী ইচা পুন্নমাকা মান্নদে। হয়েং শাফম লানফম লৈপু লুম্পাতা মেত্রি তনবা নিপা থোক-লঙেনে। পাম্বোম মথৌমনগী ইপোইরৈ সনা লৈপাক্তা নিংথৌ সনা পল্লু ওইরগদনে হায়না অঙম্বা লৈপাক কোইবা পুন্নমক্তা খংহল্লম্মে। অসুম্বা লাইরেন মৈদিংঙু না পে ইরৈ চারি-কুই, রাংচম খোংতোন শাংনা পাল্লে। খোইমোম ঈশ্বরগী সনা মখোঙ-থাবু পুকনিং হম্থোক লৈতনা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব লেংনা তিনবদা দান দক্ষিণা তৌববু হনয়েংদা অশোন লাইথুং লৈবা হন্নু-হনবা, মরান লৈরবা, অতোন তারবা, মুংশি অরা নংলবা পুন্নমাপু অচান অরাই নাইদন থোজান শিনবা থুংনা য়োকপিয়ে।

অসুম চাহৈ কুমশীং য়ামনা য়াঙ্গোইনা পাল্লবদা লিকলাই পায়মা উনগোইমুংদা নিঙথল্লকলে। ইয়ু তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেন পাখংবগী য়াওরৈ মথুংনেৎ খুনকাম মকাইফম কংলৈ পুংময়োন পুংলেন য়াইফপুং, ময়াই শুমতোংপান য়াংকোই শরোক-পুং, খোইমোম তমদা শেনবা তরামানা মালেম লৈমায় তেমনা শেম্বিবা পুং, চীংদা শেম্বা তরামানা চীংলেন পনলংলানা কোনবা পুং, নোংপোক কাসোম শন চিপংবা চীংথং শনলাইমানবা, য়ারেন খোংচি মতাই কাংচাহৈতবা, চিনবান লৈতোন খচ্চহৈতবা, থৌদু মুংঙাচা চেঙচা, মুংলাইখোম শাফবরু মুংখংপুং, নয়ুরা

চীংখোং পোইরৈতোন খোংফাং অতোনবনা পু'খং পুং, পিয়াইগ্নুনা পুংলিংবাই, তুবী য়োইকোয়্‌ং কোয়ুং অচনববু চংলগে হায়না শংলো থৌরাংলকলে। মদাইরেম পোইরৈ মপা নাই, রাঙম মচা নাই খাক্তনা লাইরেন মৈদি'ঙুনা কোয়ুং মখোয়রেন্দা চংনা অসুমনা য়াংগোইরে। পোইরৈ তাম্হোং ময়ুং কুই, রাংঙম লেমথোং মফৈ পাকনা নহা-সুবী, হন্সু-হনবা পুন্নমক, ব্রাহ্মণ পণ্ডিত পুন্নমক লৈকাই খুম্হোং মরিমক কৈরোই পাংপক খাক্তনা নাদনা শিদনা পানবা পুংগুম লিকলাই মরুমপানগী অসুম মুংঙাইরে। লাইরেন মপারি খোকথৈ নমপু মরোন য়ামবা, মমোম তমফা রাঙমলোন চীংলাই লৈমা লাইরেন কাদেং ঙানবা চন্সুশিংসু অদু থৈবিবপু হরাওপুং, মদাইরেম মুংঙাই মথোই তোংনা অসুম তৌনা পাল্লে। তাইবং মানলংপানগী হোৌনা মরমচৎ, অহনশিঙদা চন্, হন্সু মানলৈ চীংওনখিববু খামফাতা, য়োইময়াইনা তাখি-তাখিবা খুদিংদা তাইবং পুনসি চেঙজেন লোইখিববু নমু খুচেং লাকনা থৌখামদবা পুংনে। লোইমোম চাফম কোৎনা, য়ামফক চানিঙ তেংনবদ হয়েং পোইনু চাকাতা য়ামফা চাফম অমরক তোংনা তৌএ। কোৎ মমায় চোল্লে। নমু মীওইবগী পুনসি ইরানলৈদি হাপফদে। অহন্ শীংদা চনববু খামফদবগী শ্রীহরি লাইরেন মৈদিংঙুদি মতোম আয়ু পুনসি চৈথৈ মতোমমগীবু খঙবা, বিষ্ণু শংশংবনিগীনা ঈশ্বর খোঙহৌ ফম্বিরেনপু খঙবনা নো'চুপ চীংলোন মাপলবু লান্না শ্রীপাৎক্ষেত্র মপুংয়াই গঙ্গাঠাকুরাণীগী মখোঙখাদা লাইরেন খোঙনা চৎনবু সনা হকশাং অসিবু থুপলুরগে হায়না লিকলাই মপারি

শ্রীপূর্ণচন্দ্র তুবী লোইরেনখোম্বা পোইরৈ লৈপাক খুৎশিন্ন-রমলে। পোইরৈ লৈপাক কোইবনে, ব্রাহ্মণ বামোন কনাগুম্বনা খৌখামঙমদেয়ে। লিকলাই কোরৌ নোংশীংজংগুমবা নোংথৌরেম্না ময়ু নিংথৌরোন খুদিংবু হেনথোইবা চীংঙ্ নোংথৌ সোরারেম্না শংশংনা পোইরৈ সনা নরৈবাক্তা পোকলরবা য়েইবু মৈতৈলৈমস্থং য়োইহৈ মঙাইরোই কনা খাক্তনা লিকলাই মপারিশিং পুমনমাস্থং তুবী হৈনা তুংথাং ইন্না নিংথৌ পোৎলোই মশীং শুনা লাইরেন সনা লাংচেং মমৈ রাইনা খাকতনা য়োইনা থৌগন ঙমনা ফংজরৌএ। গৌরিয়া খোঙহৌ কম্বিরেন মক্তবা চীংঙ্ লাইরৈবাক্তা গঙ্গা ত্রিবেণী ঈরম অহুম ফাংবদা লাইরেন শমু খোঙনা ফংনা চৎতুনা সনা মহক্শাংবু থুপখিয়ে হায়দবরা ?

নিংথৌ কোরৌনোংগা থৌগন পুমনমকপু চীংঙ্ লাইফম খুদিংদা ইরাৎ পোংলোই পুমনমাপু মশীং অমবু খাকপা নাইদনা অস্থুমনা তৌরমলবগা পোইরৈ সনাপুংদা রাইথুংলরে হায়দবরা ? হে লিকলাই-ও। অসি মতুংদদি লাইরেন মৈদিংঙ্ তুবী লোইরেন খোম্বনা পোইরৈ চারি কুই, রাংঙম খোংতোন শাংনা অস্থুম্না পাল্লে। নিংথৌ চাকচা শুনা চাহৈ কুমশীং মতোন লোমলবগী খোইমোম য়োইকোন্নংদা নিংথৌ সনা মহকচাংবু থুপখিয়ে।

অদুগী মতুংদা লিকলাই মশানৌ শ্রীমধুচন্দ্র শেনবী তমলেন খোম্বনা নিংথৌ সনা পল্লু ওইনা পাল্লম্মে। তুবী মহি হিনা-মেঙ, লাইরেন ময়াইনা থুম, নোংশাং মতিক ওকপগী মখৈ অস্থুম পালম্লবগা চীংঙ্ নোংদমখোনবু চেনফদবগী নোংথৌ সনা কৈরাক

কানা চীংঙু য়োইকোম্নুংদা থুপখিরে হায়দবরা?

লাইবেন মপা মৈদিংঙুগী গুণ মতিক অকুবা পূণ্য মূর্ত্তিবু শংশংবা অদুনা লিকলাই মপারি পুন্নমকপু নিংথৌ সনা ফম্বালবু ঙমনা ফম্মে। শ্রীচৌরজিৎ লিকলাই ভালক ব্লাইরংখোম্বনা নিংথৌ সনা পল্লু ওইএ। মতম খরা লৈরবগা মশানৌ যুবরাজ লাংচেং মথোকলকপগা অনিমকপু চীংঙু নোংদম্বা মথৌথাগী পোইবৈ মৈতৈ লৈপাক অসিবু য়ৈখাই মরাঙবু হৌহল্লগে হায়না ব্লাপা খুনথিনা চেঙচা লালুমনদুনা লিকলাই মশানৌ যুবরাজ লাংচেং মথোক-লকপনা ঔব্রা মংত্রা নিংথৌগা লৌশিং পুকমান্নকুদুনা পোইরৈ অমরক ওন্দেরক্কুনা নিংথৌ সনা পল্লু ওইররে। লিকলাই মশাবী ভালক ব্লাইরংখোম্বদি নোংচুপ লমনা চাওবদা য়াংগোইখিরে। লাইবেন মৈদিংঙু ব্লাইরং চেনকা য়াঙপা থোংনাং ময়াংঙম্বনা পোইরৈ লৈপাকপু ঙাকনা নিংথৌ সনা পল্লু ওইএ। অদুগা তুবী য়োইকোম্নুং কোম্নুং অচনবদা সনা শঙ্গায় শায়ে। তুমু মতমপাক্তগী চীংগু-উ উচাও য়াল্লে। শ্রীগোবিন্দজি থোইখোইবা সনা মথোঙখাদা ফুরা লাইয়ুম কৎলে। তুবী কয়াইকোম্নুং অচনববু পোইরৈ শাগৈ যুমনাক পুন্নমকপু খাক্তনা কোয়ে। লৈপন পল্লি মতোনবু চেকনা কোয়এ। অসুম্মা পাল্লম্ববু পোইরৈ সনা লৈপাক অসিনা চাউবদি য়োইময়াইনা সুমিৎ তারৈনা হুম্তোকলকপা-মখৈবু চংপদি অঙানবনা থোঙলেন খমবা, অমম-মখৈ লৈতনা লৈকাই মরিমাদা চৎপবু লোম্বা নাইদে। খুয়া উকুল কাখৎখিবনা সুমিৎ মথোং লুমনা অসুমনা পাল্লমলবা অদুবু চীংঙু নোংদমখোনগী

খোইমোম মথৌথাবু চেনফদবনা ওঁৱা নিংথৌ মীত্তমণি পুক-মুং লিংচেন ফত্তবনা ঐনা পোকপা ইচা ওইনা শেম্বিখিৱবা মানা কৱিগী ঐনা কৌবা য়াদনা থোম্নৱবনো, পোইরৈ সনা লৈনাকপু মাঙহল্লরো। নমু মীপুম অমবু খাকলমদা থম্‌লম্‌দনা খোমজিল্লকলো হায়না তেঙ্গোল লাল্লোই মপুং চাওনা হুয়েন লালহৌৱকপাবু লাইরেন মৈদিংঙুনা হাওশি-ঙমগাচিংনা মদাইরেম পোইরৈ অথৌলিচা হেল্লা পুম্নমকা ওঁৱা মাইয়োক য়ানা শোকনববু অহিং নোংথিন নাইদনা লাঙ্গোই খংলৈ লমথা-শন্‌ শাচৈ নময়েননা ফুচিয়্রৈএ। ওঁৱা মচিন চাউরক চাউরকপা অদুবু পুকনুং চংবী লফুদা থিনবগুমনা থিনথুয়ে। লেমলৈ ঙায়িন ইনবগুননা খানলৈ পরি অনি তকচিনএ। তনবা মতোম মতোম্মা ৱাশকনয়ে। হে পোইরৈ লৈপাক মচাশিং ও। নহা-নুবী, হমু-হনবা, অশোন লাইথুং লৈনা অনা ফকফা নিকলবা ব্রাহ্মণ অসি শ্রৈবিকনা মাঙগদবা শরুক্তি ন'খোয় ঐখোয় মাঙলসে। লানফম নখোয়বু কৈদৌবা নমায় লৈগে তৌরবনো হায়না মতোম মতোম্মা অস্তুমনা ৱাশকনদনা শোকনববু চীংঙু নোংদমখোম্না কনবগী খাঙবা মঙমলক্তরে। পোইরৈ মমায় ওন্না হুয়েন লানচেল্লে। লৈকাই খুম্হোং মরিমাপু নমু য়ুমবুম অমতা হাঙদনা খাম্বি মৈগা থারে। লোইবী চীংদা কানা হুয়েন লানচেল্লে। হাওখুন খুঙ্গং খাঙনা, হেমবা কৈখোঙখাদা লোইবী হাও মীরুম থুপনা অস্তুমনা চেল্লে। লোইবী কত্তকপা, হেমবা কল্লেমবা অদুশিংনসুং ফুঙ্গা মীরেন

হাঙদনা য়ুমথুং মমনবু লৌএ। লৈকাই মাগী মাগী খুঙ্গং মতিক য়েংনা ইরোই তমপুবি চাপুবিনা হাওবু তাইনরে। অতুদা য়াওবা ঙমলোদবা মীশিংদো লানচেন মতম কুইনা তৌদরবগী খাকচদরবগী ঈরোক অকুৎপা চীংশাং নাপোম অৱাংবদা শান্থুপচরিবশিংবু খামরন মীতমথি ঔৱা নমু লিংচেন ফত্তবনা ফাবদি মুপী-নিপা হনু হনবা নাইদনা পোইরৈ লমথোং খুদিং খুদিংদা মমোম অঙাং নাওৱা চাজেনবীশিংদি লুখোং মপোৎসুং লুমনা পুহল্লে। মপারি চাউবা ফাদ্রিবসুং নমদা পোএ। অঙাং নমগনথক্কীনা খোমলাং লাইজা ইখৌ লাংলকলবগী শমু মখুৎতোন অনিমকপু চূপ-চূপনা কপলকএ। হে ইবুংঙো কপ্‌কনো, নপন পলেম নমানা য়াংদৌ লমথাং পোথাদনা খোমলাং তাচিন ইকৌ ইনফদে। সাকা থাতা তোংতম ওন্থদুনা পিথকসে হায়বসুং ইমাবু লুখোং ইপোৎনদি লূম্মনবগী খোংকাপ নাওরৈ থাংববু মুপী শৱাই তেমথাং শোনবগী ঙমজদরে। অসুম হায়না অঙাং নমগনথক্কা পোববু নোংপোক ৱাইরং চীংঙামাঙ থৌবান লমশাং অচৌবা খাল্লে শঙম মরুম পাকনা লোংথ্রাই হিরোং খোনবগুমনা কোরৌ মুমিৎ তরেৎনিবু পুখিএ। পল্লেন চীংনুং য়োরবগা পোইরৈ সনা লৈপাক মৈবী তাঙ্গোই পাই, মৈখূ নোংলোন কারববু হন্না হন্না য়েংদুনা মিকপলম্মে। মথংলেন মনেম মচাবু খাইনরবনা মশাবীবু তেংথারম্মে। হে ইবুংঙো, য়েংবা চীংনা থল্লম্মে। লামপা সানা তেল্লে। অসি কোরৌ মুমিৎকীমখৈদি লোমলমলে। ঔৱা মরৈপাকপু চনিংলকলে হায়না মুংনৌ হেশোন নিকলম্মে।

পলেম-পঙ্খৌ, মমা মপা ফৈরা তাজিনথক্কী লাংলেন কোংয়াং রাবুক খাইগুমনা ফাররুবা অতুশিংনা হা ইপা। হা পলেম পোকমা-বীও। অসিগী কোবৌ নুমিৎমা পোইবৈ ইপন লম্বু হন্না হন্না য়েংজরম্বা অসিনংঙাইরে। ইপা ইমা কৌবরু ফংলরোইএ হায়না মালেম লৈদা ওন্না কপলম্মে। চীংঙ নোংদমখোন্না কনবগী অসুম তৌবা অসিবু হৌজ-হৌজ খুত্তাক মঙারক ঙাকলবদা ঔরা নমু মীতমথিনা অতুমক্তা পেনফাগুদুনা সারা শন্না। লৈপাক চাইনা পনথেংববু রারম হাইহৌঙাইবু লৈতরে। ময়োম নারা নিংঙোন পোকপী পুবি-ও হায়দনা মমা মপা অনি-মকপু শমলাং তবৈননা মালেম ফুপাক লৈতাদনা চিংথুববু লাকতবোই, নোংপুমনাবু হাঙদনা অসুমনা পন্থেংববু খাঙবা মঙমদরকলে। নহা নুবী পুমনমকপু খোমথি খাঙথিদবে। কৌচেং য়ামবা মীচিকতা, থিংবা য়ামবা লাংতকনরে। হো কবিগীনো হায়দনা নহা নুবী, ষণ-ব্রাহ্মণ পুম্নমকনা পায়মা মাগী মাগী উনকোইনুংদা নিংখনখিয়ে।

খমলাংইপা পাপনলাই ইলেংইপু পুপানলাই মালেম লৈপাক ঙাকপা লাইবু লৈতববরা অসুমনা শোনমোইনবদা নবেন খোইমোম নোংপোক পান্থোইবীনা অতিয়াগী মখোয়দগী চোংথোক্লুনা খোইমোম লাইকুপ লেংনা তিনববু পাউকোদনা রাতানরে। করমনো খোয়ম ঐখোয়বু ইপোইরৈ সনা লৈপাক মণিপুর পুংময়োম শুরুং লৈকোয়রেনবু চুনবা পুংময়োন অসিবু ঔরা নমু মীতমথিনা পন্থেংববু নুমিৎ শিংবুম য়ামলকলে অতুনিগীদমক্কা

নিংথৌ সনা পল্লু লৈতবদি অরেম্বনে। রুহিনী তোংচেং কায়নৌ থৌরানমিচাকনা তোংলেং লেংনা পানবগুম লোইদাম চন্দ্র থাজ পাথংবা নত্তনা থাজ মণ্ডাল নাইবিদে। অদুনিগীদমক্লা নিংথৌ সনা পল্লু লৈতনদি লৈপাক অরেম্বনে। নিংথৌ চীংখোংবু থিনবা খোইয়ম লাইরুপ পূমনমা ঐখোয়বু অতিয়া গুরু শিদববু য়িম্ভাল্লসে হায়দনা য়াহৌনদনা লাকপবু রাইথুংলরে। অতিয়া শিদবনা তকুপ তরাংনা পাওমেনঙম্মে। চীংঙু ইঙাইরোই খোইমোম ইহিশাশিং-ও। রারম করি থৌগী লাকপনো পাওহংঙমএ। হোই, খোইমোম ঐখোয়না লাকপদি ইপোইরৈ সনা লৈপাক অসিবু নিংথৌ সনা পল্লু লৈতবদি লৈপাক অরেম্ববু ওইরে হায়রবদা গুর শিদবনা পাওমেল্লকয়ে। খোইমোম ইঙাইরোই নংখোয়না নিংবা পুকনিংগা মান্নরে। অদুনিগীদমকনা অতৈ কনানা ঙমলরোইএ। ইনোংয়াই লাইরেন মৈদিংঙু জয়সিংহ নোইনাই কৌবা চীংথংখোম্বগী মপারি নোংচুপ লাম্ভান-থৌবা শানৌ মচিন-মনাও অনিমাপু পারি য়োইরেনবা নংনা পাওকৌরু-ও হায়দুনা থৌশিখিবগা থাইনা নহাননোং অদুদৈঙদা শ্রীরামচন্দ্র শানৌ মচিন-মনাও অনিমক্লা অযোধ্যা লৈপাক্তা চহি লিশিং পানববু নোংদোন লাইরৈপাক্তা খোইমোম লাইরুপ লেংনা তিনবনা রা তানদুনা চীংঙু নোংদোন ফম্বাল হাঙলে হায়না ব্রহ্মা মখোংখাদা রাইথুংলুরদনা ব্রহ্মা লৈশেম্বা-ও। চীংঙু নোংদোন ফম্বাল হাঙলে হায়না পাওমেনলুরে। অদুনিগীদমক্লা শ্রীরামচন্দ্র মশানৌ মচিন-মনাও অনিমকপু অযোধ্যা লৈপাক্তগী পাওকৌখৎপি-ও হায়রবদা ব্রহ্মানা

ফরে পারি কালপুরুষ, নং চৎলো; অদু মতুংদা দুর্ব্বাসা মুনিবু থৌশিখিবগা অতিয়া গুরু শিদবনা খোইমোম পাখং য়োইরেনবগা অনিমাবু লাইরেন মৈদিংঙু নোংচুপ লাম্তানথোবা শানৌ মচিন-মনাও অনিমাবু শ্রীপাৎক্ষেত্র মপুংয়াইদগী পাওকৌথোকপগা লৈরাং মতম করম্নবু মানবনো ? খোইমোম পাখং য়োইরেনবসুং শ্রীপাৎক্ষেত্র মপুংয়াইদা চওখিদুনা লাইরেন চেংলৌ মাঙদা'থানা চীংঙু শকলেন মঙাল নাইববু শংশং উৎনা য়াহৌরুরে। হে ইনোংয়াই নোংচুপ লাম্তান থোবা-ও! শানৌ মচিন-ননাওবু থোকলসি, নপোইরৈ সনা লৈপাক্তি মানপী পীমাঙনা কাওরেন যন্নাও মচানা ষণবী মপী থানরবগা কাওরেন খোমখা থকপা ফংদরবগুম, লাইরেন নংবু ঙাইখমজরে হায়ববু লাইরেন মৈদিংঙুনা খোমলেন মঙখৈননা শয়েং পান্দোম মতা অনিমাপু তিংখৎতনা পাওমেল্লকলে। ইশানৌ সেনা-পতি হুয়েন লানচিংলেন-ও! খোইমোম ওঁলৌ য়াইবিরেন শিদবনা শানৌ ইচিন-ইনাওবু পাওকৌররে। ইপোইরৈ সনাপুংদদি থোকলসে হায়দনা মদাইরেম অহিং লিকলা খাঙবা, নোংথিন মৈশা লাংলিবা পুম্নমক, অঙন্বা ব্লাপী নাতৈ খিরিবা পুমনামাকা মদাইরেম শিফাই মনাও-য়োক্কা লাইরেন মৈদিংঙুগা মশানৌ মচিম্নাও অনিমানা হাওশি ঙমগচিংনা অহিং খোমলেন তুমগন্দা, মুংথিন অৱা পোথাদনা থাই ঈরং কৈনা লান্, ঈরং কাম্না চোংনা ঈরোক লাইচম লান্, চীংশাং নাপোম তুমনা লমলেন লোইচিং ফৌওইচীংদা ৱাইথুংলরবদা লাইরেন মৈদিংঙুনা পাওমেল্লকলে—ইদাইরেমশা-ও! চেংলৌ মিৎকুপমরমদবু অৱা পোথাখিসে।

য়াংলৌ লমদনখিসে হায়না অৱা পোথাৱবদা লাইৱেন মৈদিংঙু্না কোকিল খোনদাননা পাওমেল্লকএ। হে ইদাইৱেমশিং-ও ! লাইৱেন কোংয়াং ৱাকন চাউকুমবা তনবা মীখনখাই, শজিক লাননোং-তমপু তময়োনদা থবা লাননোং তমখাইববু খাইয়োনদবা, পানবা নাখোমচোংনা লানদানাবা, কৈৱেন উম্বীচানা শাথৌনববু কনা কনা লৈবনো হায়না পাওহংববু নমু কনানা পাওখুমদৱিঙৈদা মদাইৱেম অমু ৱাংখৈতোনবা, অহৈবা ওকলেন লমপানচংষণ কাওকুম্বা অনিমানা ফ্রং লমঙম তেনগুমনা পাওমেল্লকএ। নদাইৱেম ইবিংঙাদি লাইৱেন কোৱৌ ইনোংথৌগী চেংলৌ মাঙদা থাদদি ঔৱা ইতিকনবা খামৱন ইমাম্নববু থাঙলেন খুৎনা ফনা য়াম্নগে। নদাইৱেম ইবিংঙাদি খোয়মা ইমায় ওল্লৱোইএ লায়নদি ৱাশকখিয়ে। অদুগী মতুংদা মদাইবেম লুৱাংবা অচোইবনা লাইৱেন কোৱৌ ইনোংথৌ-ও। নদাইৱেল ঐদি লাইৱেন হৈনা নতুং ইন্ন' সনা লাংচৈং নমৈ ৱাইনা চীখোং পুয়োক শোইহল্লোইএ হায়না পাওমেন য়াখিয়ে।

অদু মতুং থোকপদা লাইৱেন মৈদিংঙু্না পাওমেল্লকলে। ইদাইৱেম অমু ৱাংখৈতোনবা, অহৈবা, নবিংঙাদি ইদাইৱেম সিফাই ইনাওয়োক খৱগা ঙাইৱোইনদুনা থৌপান কৈমাইপাক কৈমাইমান হাওখা ইমুংপানবু ঙমওন নাতৈননা কাখৎলক-ও। ইদাইৱেম লুৱাংবা অচোইবা নংদি পিত্ৰাতুল্লি ঙাইৱোইনদুনা লোইয়া লমচাওপুংদা ইন্দাল্লক-ও ইশানৌ হুয়েন লানচিংলেন নংদি শঙাইথেন্দা তেঙ্গোল লাল্লোই মপুং খুৎপু ফাবারমদা হুয়েন লাস্তা-ও হায়দুনা হুয়েন লাম্থোংবু শিল্লবদা ক্ষেণলেন মতম

খেংলকলে হায়রবগা মদাইরেমশিংনা লাইরেন সনা মখোঙখাদা পুরুমজথিএ। লাইরেন মৈদিংঙু গী য়াইফ মহৈ অরুবনা হিরু তেংমাই লেপ, শিকপিন তাচি অখোইবনা খুমু নোগা ওইবিস্নুনো হায়দনা পুকমলমলবগা হুয়েন লানচংলকপবু ওরা খমথেংনরে। পোইরৈ চেন্নদা, খামরন চাইনদা ওরা লাল্লোই মপুং ফাববু শোংকিদরে। পোইরৈ মরাঙ হৌনা শোকনরে। থাবা লানচেন মৈকাম্পিবু শঙাইসেন মৈবী পাইগুমলে। খুৎতোং থিনকাপ কুংনা-থা, পোংগন তেনবী খোইপাই তম, কামান নো মৈ মরুনা লোকতাক খারা পাইগুমলে। কুমগা থাগী নোংখোং তম্, খোঙ্গেল নোংখাক চৈরোয়ননা খুদোং থিনকাপনবগী মৈখু নোংলোন কাবনা ফাইবেন লৈচিন থাবগুম নমু মীশক উনদা, কোরৌ নোংথোং থিং, নুমিৎ থোংলেন লুমনা শোকনববু মতিক পান্দম হায়হৌঙাইবু লৈতরে। অকলা মীতম য়ুংকুমলে, তরেৎ মানলৈ খপ্ কুমলে, ফুন্দ্রে চিংবা পান্দমগুম, কাংড্রুম থরো ওনবা পান্দমগুম তকথোক তকশিন শান্নরে। মতা অঙকপা চল্লে। উমং-লাই মাপলমাস্নুং য়াওরে। নবেন ভাগ্যবতী নোংপোক পাম্হোইবী মৈরা খাংশেৎনবী ঈশিং কানকনবীনা চুঙমায় থাঙমায় ওইরে। লাইরেন মশানৌ রুং লমঙম্তেনগুম্বা কাংকম তেনথা য়াঙকুপ্নদি পুকনিং অকী লৈরক্তরে। অশাওবনা মাঙওইনরকলে। খামরন তাংশকতরে। ওরাবু মীথানদরে। থাঙলেন মখুৎশু য়াইওইববু খুত্তা পায়দুনা ওকলেন লমসা কাওকুম্না ফুজিনখিরে। ওরা মচিন চাওরকপবু য়েন্দেম থারাম শোইবগুম য়ানথুরে। ওরা চবুক

খায়না খোইথু মহুম চাইগুম কৈথেন চুরাই লাংগুমনা চাই-খাইরে। ওব্রা নমু মীতমখিদি উরিৎ লোয়ামবিচানা লৌকুমনা খোয়রা লাংতোম চোইতানরে। পোনবী ব্রাশোইপোন কুমনা চানা লাংখোং লান্না হুয়েল লানচেন্নে। লাইরেন মৈদিংগুন্না পাও-মেল্লকলে। ইশান্নৌ নংদি হৈরোক হাচনবারমদা খোপখৎলকও। লাইরেন নশাবী ঐদি শেনলোই মচিংলেনবু তান্না খনবান্নম কৈরাউ লাকপা মচিংচিন্, উরান লাকপা তারিয়া লিখন তোরা মচিংচিনবু কান্না চোংনা ওব্রা তুংইন্না লাল্লকপবু চকপা অন্দ্রো মপুংয়াইদা ব্রাইখুংলরবদা মযিম চকপা মপুংয়াইনা য়ুম্বুম খুদিংনা তরা চেঙজেন চেঙকোক তম্ নোইম্নু থুমজা মাইঙৌবীবু লমঙাক পোনশিং য়ামনা লাইরেন সনা মখোঙখাদা কচ্চরবদা লাইরেন মৈদিংঙুগী চেংলৌ শকপানথোংবু চিংনা য়েংনা পাওমেঞ্জখিএ। নদাইরেম ঐখোয়বু অব্রা ইশৌ লাংলম্নে হায়না পাউমেঞ্জববু লাইরেন মৈদিংঙুনা পাওমেল্লকলে। তম্নমশা। অব্রা ইশৌ লাংলগনো হায়না হব্র লনকুবিরম্মে। লাইরেন মৈদিংঙুসুং ওব্রা তুংইনতানবা পুংপু কামু চিংয়াং খালোই পুন্নমকপু কান্না চোং, লেংলেন ককময়াইবু ঙমলোন নাতৈনখিএ। লোইবী কাব্রাং খুল্লেনঙৈদা ওব্রা তানফংলুরে। ওব্রা পামতান্নরে। খামরম মেনচৎ য়াল্লে। মৌবী পোংশং য়ানবগুম য়েন্দেম থারাম শোইব-গুম্না ওব্রা মশীং খীঙমদনা লালু চোমাই কোই, হাওরা ঙানকোক শোনলকলে। লাইরেন মৈদিংঙুদি তুবী খুমাঙহন লাইরেন খিংলৌ তেরকলবদা ইদাইরেম য়োইরেন লাংচা পুক্লাইপা কৈরম

লানকৌবা নংখোয়দি ঔব্রা লালু অয়াম্ববু থৌচু মুংকোইবীদা হুয়েল লানয়াম্বু হোইজিল্লু-ও হায়না পাওমেনলকলবগা লাইরেন ঐদি লাইরেন ইপা মৈদিংঙুগী য়াওরৈ মথুনেৎ খুনফম মকাইফমদা কোরৌ নোংমা নিনিবু শানথুপখিগে হায়না লোইয়া মতাইমা খুরোই হাওরা লমলাংতোং বিষ্ণুপুর কোলোই মমিংথোংবু চূনবদা ব্রাইখুংলে। নমু অমা অনিবু কৈক্রু কুমপোন লিৎথালৌবা অচুনা লাইরেন সনা মখোঙখাদা চেনকা য়াংলকলে। লাই-রেন চেংলৌ শকপানথোংবু চিংনা য়েংনা হরাওমরে। মতৌ পান্দম অমদি থাইনা লহাননোংগী অযোধ্যা লৈবাক্কগী শ্রীরাম-চন্দ্র লক্ষ্মণ অনিমকনা নোংদোন লাইরৈপাক্তা কাখিরবদা চিংঙু লাইরুপ পুমনমানদি হরাওবগী লৈরাং পানদম অচু ওইরে। ইপোইরৈ সনা লৈপাকম্নুং হরাও পুকনিং পেল্লে। চাবা পুকথন থঙজরে। তৃপ্পা য়াহিপ শুরে। নাহা-মুবী খোমথি খাংথিদরববু খোমথি খাংথিরকলে লুনিঙ হেন্নিংলকলে। তরা চাকহোঙলকলে, নোইমু থুমহোঙলকলে। লেমলৈ ঙাহোঙলে। শিদনা পানবা পুংশুম নিংলে। নাদনা ওংবা লৈপাককুমনা মুংঙাইরে। লিকলাই ইবুংঙো য়াইফরেন য়াইফবা অচুগীদমকনা লাইরেন মৈদিংঙু ফ্রুং লমঙম তেনগুমবা, কাংকম তেম্থা য়াঙগুমবা, চিঙখরং নোংলেন পাইগুমবা, নোংচুপ লান্তানথৌবা ধর্ম্মপুর য়িমচং য়ানবা হামৈ তাংগ মরমদগী মালেম লৈপাকপু লৈকোয়শেম্বা চৌংলেন নোংম্রেন-খোম্বা শেম্রেং মনিকলেনগুম্বা নশানৌ নচিন-ননাওগী গুণ মতিক অরুবা লাংওন মতৌ চঙখোনববু শকলুবা খুদিংদা শ্রীখেমাচন্দ্র সিং ঐগী ওইনদি ইথৌখনবু ওইজগে।

## অনিশুবা পন্দুপ

## শ্রীগোবিন্দ নিরুপণ

**খামরন চিন্দ্রমগী কুম শক ১৬৮১ দা** শজিকু থা তরেৎনি শগোশেলন্দা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা অখাম চন্নুগা ফম্বাল কাইএ। **লাইশ্রম গঙ্গারামগী শক ১৬৮৬ তা** বাকচীংথোংদা ঔবা লাক্কুনা লৈপাক কায়রে। মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা মহারাজদি তেখাও য়োনা চেল্লে। তেখাও নিংথৌনা চাম্না য়োকলমএ। সুংঙাইনা পাল্লবদা মোইরাং নিংথৌ খৈলৈসুংনাং তেলহৈবনা হে ইতাও তেখাও নিংথৌ, নংনা য়োকলিবা নিংথৌ মচাদুদি ফত্তবা মীনে, নং মাংগনি, থমগুনো হায়না চিঠি পিরক্লবদা তেখাও লৈপাক পুম্নমা তানরবদা তেখাও নিংথৌনা হায়এ। মৈতৈ নিংথৌ অসিবু মতিক চাওএ, মাগী মতিক য়েংসে, শামু লমশা অঙাওবা অসিবু ফাহনসে হায়না তানদুনা তেখাও নিংথৌনা হায়এ। মণিপুর মহারাজ নংবু ঐগী তেখাও লৈপাক পুম্নমক্না মৈতৈ নিংথৌ অসিবু মতিক চাওএ হায়বা তাইএ। মাগী মতিক খঙসে, মহারাজগী শামু লমশা অঙাওবা অসি ময়া পায়হনসি হায়রে। মণিপুর মহারাজ হয়েংগী সুমিত্তা শামু ময়া পায়রো হায়রবদা মহারাজনা খুমএ। ঐগী লৈপাক কায়রবগী নিংথৌ নংগী লৈপাক্তা চেল্লকপনে, মীওইবনা তৌবা ঙমদববু তৌ হায়রবদি হয়েং সুমিত্তা ঐ শামু ময়া পায়রগে হায়না খুমএ।

মহারাজনা অহিং নোংশোইবা ব্রত তৌদুনা শ্রীগোবিন্দজিগী খুয়াবু নিংএ। মহার জগী স্বপনদা শ্রীগোবিন্দনা ভাগ্যচন্দ্র ব্রাগুনো, ঐ লাকলে হায়রবদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা খুকমজে। ইবুংঙো নংনা মণিপুরগী নিংথৌ অমুক্তা ওইবি-ও, ননাই ঐনা ইবুংঙো নংগী ননাই ভাণ্ডারী অমুক্তা ওইজগে হায়জরবদা শ্রীগোবিন্দনা ফরে, ঐগী মূর্ত্তি য়েংহৌরো, নংগী লৈপাকতা পাল্লরবদা নংগী কাইনা হায়বা চীং অদুদা থৈবোং ওইনা হৌরমগে, নং ঐগী মূর্ত্তি শাও হায়রম্লগা শ্রীগোবিন্দ খুপখরে। মহারাজনা ব্রাংখৈ পণ্ডিত গোপিরাম সিংহ পাৎচহনবদা সনা য়াথং তাক্লুনা শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তি য়েকহল্লে। নোংঙাল্লবদা তেখাও লৈপাক পুম্নমক্লা শোং তৌরে, পন শারে, শগাই শারে। নিংথৌ-নচিংবা তেখাও লৈপাক পুম্নমক শগাইদা ফমদুনা কুম্মৈ য়েংলবদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজস্ম চাইথরে। ভজন তৌবা লোইরবগা খামেন চম্না যৈজোম শেৎলে, লমথাং খুলৎ য়েৎলে, সনা খুজি শিদুনা লাকলে। তেখাও নিংথৌনা মনিপুর মহারাজ চলো হায়রবদা ব্রাংখৈ গোপিরাম সিংহ পাৎচহনবা, অয়েকপা রসমোন কৈরুংবা অনিমনা সনা থৌগন তৌজমএ। মপু মনাই অহুম্মা চংলকলে। তেখাও লৈপাক তিনবা ময়াই য়ৌরবদা শামু লমশা অঙাওবা অদু থাদোকলে। শামু অদুনা মহারাজগী সনা মাং য়ৌনা চংশিনলকলে। সনা মাং য়ৌরবদা শামু ময়া অনিমা লৈপাক্তা য়ৈশিন্দুনা খুরুখুদপ কুল্লবদা মহারাজনা সনা খোঙ অনিমানা শামু ময়া অনিদুবু নেৎলবদা ব্রাংখৈ পণ্ডিত, অয়েকপা কৈরুংবা

অনিমানা শামু মথক য়ৌনবা সনা থৌগন তৌজৈএ। শামু অদু হৌগত্তুনা তেখাও লৈপাক তিল্লিবা অদু কোয়না মহারাজবু পুরে। কোয়বা লোইরগা খুরুখুদপ বুল্লে। স্নাখোঙ লেঙথরবগা, শামু লমশা অঙাওবা অদু চৎখরে। ব্রাংখৈ পণ্ডিতনা মহারাজবু মনমদা পোত্নুনা তেখাও লৈপাক ময়াই য়ৌনা সনা থৌগন তৌএ। তেথাও নিংথৌনা মণিপুর মহারাজ নংগী খুয়াদা ননাই ঐনা য়াম্মা লাল্লে। ঐগী রাজ সিংহাসনবু কৎচরবনে হায়না সনা খোঙ শোকনা খুরুমলে। পাত্র মন্ত্রি পুন্নমাস্নুং খুরুমলে। তেখাও নিংথৌনা মাগী লৈপাক পুন্নমাগা লোয়ননা মহারাজগী সনা থৌগন লুনা তৌরে।

**বাযোন হরিনন্দগী কুম শক ১৬৮৯** দা মোইরাং নিংথৌ ঔব্রাদা চংখিএ। মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা মহারাজ তেখাওদগী লাক্তুনা নিংথৌ ওইরে। মোইরাংদগী মৈতৈ খুন কারবলে। **হৈস্নাব খোংঙমগী কুম শক ১৬৯৮ হিয়াংগৈ থা ১২ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা মহারাজনা সনা য়াথং তাকপিয়া মতুং ইন্না বাংখৈ পণ্ডিত গোপিরাম সিংহ পাৎচহনবনা শ্রীগোবিন্দগী মূর্তি শাইএ। রাসেশ্বরীগী নিরুপণ তৌবদি ক্ষেত্রি পানেম, নন্দসিং কোনসবা, চক্রপানি কোনসবা অনিন্দ্রাম কোনসবা, খেলেম্বা কোনসবা হাংজো কোনসবা, শামুরোক কোনসবা য়োইমা অরেৎমা** অসিনা শাইএ। উতোন অদুনা **গোপীনাথ, বিজয় গোবিন্দ, অদ্বৈত নিত্যানন্দ** মরিমম্ভু শাইএ। শ্রীগোবিন্দগী **জীবন্যাস**

লোইরবদা ব্রাংখৈ পণ্ডিত গোপিরাম পাৎচহনবদা সনা খুজি, ইরিন ব্রাংমা শামাং লাইরৌদা লৌ পরি তরেৎ, নাই ফুংগা অমা, ইরোই অমা, শগোল অমা অসি পিএ। মখোই তরেৎমাদা লৌ পরি অহুম অহুম, নাই অমমম্, ইরোই অমমম্ অসি পিএ। **বাইখোম খোই-দোংগী কুম শক ১৭১১ দা** ব্রাকচীং থা কুননিপান্নি শগোলশেন্দা মৈহৌবরোন ইয়ে। ব্রাংখৈ পণ্ডিত গোপিরাম সিংহ পাৎচহনবনা ইয়ে। মৈহৌবরোন ইবগী তাংখমদা লৌপরি মঙা পিএ। **ককচিং কৈথেনগী কুম শক ১৭১২ দা** মেরা থা মঙানি য়ুমশকৈশদা মোরাল নাবা মহারাজ শাল্লে। মোরালনা কল্লমদুনা কায়রবদা ব্রাংখৈ পণ্ডিত গোপিরাম সিংহ পাৎচহনবনা খুমলকএ। ব্রাংখৈ পণ্ডিত-তা নিংথৌফি শাইজোনবা, পজেং-ফিরান, অথম অচাই, খোংগ্রাই মথক মখা, খুবোম য়াই, সনা খুজি, তান সনা কুন্দোর পিএ। থাংবন লোই পিএ, অথম খেঙ্গৌ শাখিএ। **শরাইসম চাইবগী কুম শক ১৭১৫ দা শজিফু ২৫ নি নিংথৌকাবদা** লাংথবান্দগী খাই খুনফমদা হোংলে। অদু মুমিন্তা ব্রাংখৈ পণ্ডিত পাৎচহনববু ব্রাংখৈ-রাকপা ওইহল্লে। অয়েকপা রসমন কৈরুংববু সেনাপতি ওইহল্লে।

# অর্থ হন্দোকপা

**অ**

অখুবা—অপিকপা লাঃ ৭। অথৌ লিচা হেগ্না— মপা মপু হাক্তকতগী হৌনা মথৌনা ফরকপশিংগী মচাশিং লাঃ ১৬।

**ই**

ইয়ু—ইপু, ইবুধৌ লাঃ ৩।

**ঈ**

ঈশ্বর—(সং) লাই, দেবতা লাঃ ১৪।

**ক**

কোইকোইনা—ইকোয় কোয়না লাঃ ১। কাক্নিপুর - লাংথবাল লাঃ ১০।

**খ**

খমকোন লৈশিন্না শিৎপা নুংশিৎ লাঃ ২। খুনকুম্মে—লাকএ লাঃ ২। খুঙ্গা নাইজাতিন—খাবম ল'ইফম তিন্ লাঃ ১০। খোন্দাননা —খোঙ্গেলগুম্না লাঃ ২১।

**চ**

চম্মু—নিংঙোল লাঃ ২। চেংলৌ—শক, মশক, লাঃ৮। চন্দ্র —(সং) থা, থাজ লাঃ ১৯।

**ত**

তেখাও—আসাম লৈবাক লাঃ ২, ৪। তানফংলে—তানবদা ফংজরে লাঃ ৭। তেৎনৌ—য়োৎ লাঃ ৭। তুখুন—ঈশিং মরিল লাঃ ১০।

থ

থোংনাং—ময়াং লৈবাক লাঃ ২।

দ

দুর্ব্বাসা—পৌরাণিক মতমগী শাউগল্লবা মুনি অমা লাঃ ২০।

ন

নিঙথনখিয়ে—নিংখিয়ে লাঃ ২। নোইমু—থুম লাঃ ১০, ২৫। নোংশুরোল—খুম্বোংময়ুম নিংভোল লাঃ ১০।

প

পাপল্লোন—ইপাগী মথক মরোল মরোল ওইখিবা লাঃ ২। পুপাল্লোন—ইপুগী মথক মরোল মরোল লৈখিবা লাঃ ৩। প্রেম—(সং) নুংশিবা লাঃ ৭, ৬, ৯। পুরুম্লরে—থুরুমলরে লাঃ ৪। পুনুং লফু, পুকনুং লাঃ ৫। পুরুমজয়ে—থুরুমজৈয়ে লাঃ ৮। পঞ্চাও—পল অচৌবা লাঃ ৯। পাইমা - পূক্লিং লাঃ ১০, ১১, ১২, ১৮। পল্লু - পল মরু লাঃ ২, ১৫, ১৯। পীমাংনা মপী মাংনা লাঃ ২০।

ব

বিষ্ণুপুর—লম্মাংদোং লাঃ ৯। বরবু থৌজালবু লাঃ ২৪।

ম

মীওইপানবু - মীওইবগী মতৌবু লাঃ ৪। মূর্ত্তি - (সং) মওং লাঃ ,৫ ৯। ময়নকুবু—মথৌজালবু লাঃ ৭। মক্তবা - মোত্রবা, শেংলবা লাঃ ১৪। নথোক্লকপগা—ইনথংলকপগা লাঃ ১৫। মত্রা—মগুলে (কবোগী কোম্মুং) লাঃ ১৫। মীতমথি –

তমথিবা মী লাঃ ১৬, ১৭। মশাবীবু মপুরোইববু লাঃ ১৮। মানপী — শন্ লাঃ ২০। মনাওয়োক্না—মচা মনাওগুম য়োকপগা লাঃ ২১।

য়

য়িন্দাল্লসে—য়ৌরসে লাঃ ১৯।

ল

লানতান থৌবা—লান তকশিনবদা থৌনাফবা লাঃ ১। লিন-কোইগী—গর্ভগী লাঃ ১১।

ব

ৰাঙমলোন - মৈতৈ নিংথৌগী মচানুপী লাঃ ২। ৰাপী - ৰা মচং লাঃ ২১।

শ

শংশংবনে—অরেপ্পনে লাঃ ৪। শাম্বপল্লুবা—লোৎল্লুবা লাঃ ৪। শোংকিনরে—তু চুংনা কিনরে লাঃ ৪। শংশংনা—লেপ্পা, শোয়দনা লাঃ — ৫।

হ

হম্বু নারেংগুবীবু—সরস্বতীবু লাঃ ১। হাসং—নাপী অশংবা লাঃ ৪। হকুজা—হকজাপ্লা লাঃ ১০। হেনমোইবা—নিংথিবা লাঃ ১১।

ক্ষ

ক্ষেনলেন -অকবা পুংকম লাঃ ২২।



[illegible] [illegible] সিংহ [illegible] সম্পাদনা
তৌবা মৈতৈলোন অরিবগী লাইরিকশিং

১। চিংথংখোম্বা মহারাজ গঙ্গা চৎপা
(গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিনা বি. এ গী থনগৎলবা)
২। লৈরোন (জবাহরলাল নেহরু য়ুনিভর্সিটি সেন্তর মণিপুরনা টেক্স বুক ওইনা খল্লবা)
৩। বীর সিংহ পঞ্চালী
৪। একাদশী পঞ্চালী
৫। দাতা কর্ণ
৬। মৈতৈলোন অরিবগী রামায়ণ (সুন্দর কাণ্ড)
৭। পরীক্ষিৎ সর্প-যজ্ঞ
৮। অশ্বমেধ
৯। মৈতৈলোন অরিবগী লক্ষ্মী চরিত অমসুং ধ্রুব চরিত
১০। মৈতৈলোন অরিবগী রামায়ণ (লঙ্কা ক
১১। বীর টিকেন্দ্রজিৎ সিংহ
১২। মৈতৈলোন অরিবগী শ্রীমদ্ভগবদ গীতা